# ৱারিলি শিংবুনলি

( ৱারি মচা )



এস, কৃষ্ণমোহনসিং

# ৱারিলি শিংবুনলি

( ৱারি মচা )

এস, কৃষ্ণমোহনসিং

ইবা লোইবা—তাং ৩০ । ৯ । ৮৪ ইং

 মমল লুপা ৭'০০

# লাইরিকসিগী মনুংদা য়াওরিবশিং

# থাইহ খন্না

পদ্মশ্রী জি, সি, তোংব্রানা লাইরিক মচা অসিগী 'রামাং য়মনবা ইবিবগীদমক ভদ্রলোক অসিগী মুংশি লমন তোঞ্জরে।

এস. কৃষ্ণমোহনসিং।

# ৱাম্যাং ম্যানশা

ৱারীমচা অহুমসি পাজরে, নুঙাই-ফজৈ কাম্নৈ। নহারোলশিংনদি নুঙাইতে হায়নবা য়াওবা য়াই। মখোয়ন নুংঙাইদৌব খন্দুন ইরক্রিব করিগীনো হায়ব য়াই। মেকত্নগালনা হায়বগুম্না লেখক্না হকথেং-নরুবদগি ঙাক্ত ইবিরি। জি বি-সোন হায়ঃ হুইগ ঐগ য়ুম য়ৌমিন্ন-গদবদি হায়তুন ৱারক্ত ফাও খোংবান চোং হুইগি খোঙ্গুন লীতুন চংকদ্রা হায়বতু অচুম্বনি। খঙনীংব হৈনীং-শীংনীংব নহান ৱাংখৎন পারকসনু, হুইগুম্বন পেন্নব নমথীব খোংবান লুক্লাংদি করিগি ইরুদগে?

হন্দক্ত মন্নুং মতম চাদন ইন্দিরাজা লৈখিদবগি নুংঙাইনদবন নিংথম থাগি উঙ্কুল ফাওব মহৌশাদে হেন্ন মীঙোন্দা লোক থুংহল্লত্রা খল্লে। ঙরাংদ ঙায়রি মহাত্মাজীবুস্নু ইকন কন্ন লৈমাইদ তুহনখিব। করিদে খোকখিবনো অতুক শাথীব Tragedy? Shakespeare গি Hamlet না Tragedy গী cause মরালমচা পিকুক্র অমত্ত ওইরবস্নু লেরম্নি হায়। মতু ঐগি মীঙদি "Too Good" তগিনি। Bertolt Brecht—জর্ম্মান নাটকার অমগি "The Good woman of Setzuan" হায়ব লীলাতুদ তাইবংবানসিদ কাহেন্ন ফব মী লৈব ঙমদে হায়ব উংলি। রুশকি Fyodor Dastoevsky সু too good ওইরগ মীন পঙঙি হায়নৈ পুন্সিদ মায় পাক্কন্দে হায়ব উংখি মাগি "The Idiot" হায়ব উপন্যাসতুদ। রাজনীতিদ ফমনব মীস্নু মায় পাকন্দে, ভোট ফংগন্দে।

'চেক্লা পাইখ্রবনা'—অৱা পোলোই ৱারীমচানি। কৈ-ফত্তে মুন্ন খঙদব ফিদম নীতি অমগি মতুং ইন-পাখ্রা নত্রগ লুখ্রাগুস্বীন কয়া কুইন হম পান্দন লৈগদগে? Ulysses খোয়দি "I shall drink life upto the lees." মনাংফাওবা চিতুনা পুন্সিসি থকখিনি হায়। করম্বনা থরিধনো চুম্নিবনো? কৈদৌন চেক্লাতু য়ুমগি পোন্দগি পাইথোকখি? ...ইন ফত্তে হায়ন পাওথোকপিব অতোম্বিতুন অতুক ফরিবদি কৈদৌরে? ঐগা ইমা অহুম লৈরম্মি,—ঐবু পোকপী ময়াইতু নঙবী অহল অমস্নুং অতোম্বীন ঐঙোন্দ য়ান্ন হেন্ন লুন তৌবিখি।

উর্মিলান মণিরতনবু লুন তৌখিবত্ব ইন্দিরাজীন ইন্দিয়াদ তৌখিবগুম্বনি। অদুবু করিগি অদুক মুঙাইতব পোলোই ?

'নোরোক তাগে'—স্বর্গদ কাজনীংদে হায়ব ব্রারীমচাসি খন্দুহ্না পাবদ মুংঙাই, কপ্লিংন নোক্লীংই। শ্রাদ্ধ শোনবগি রা—মৈতৈ মরুপ—ময়াং লাইনীং—আলু য়োংচাক্কি মরৈ ময়েংন—পাবদ মুঙাই— কান্নে।

'থাজবনা চুমগদবা মাল্লে'—সিস্থ খুৎই অম ওইন তৌরবগ্ন মুংঙাই, হকথেংনরুব থৌদোক কয়াদৈ ইরকপনি। ঈশ্বর লৈ লৈতেপ্ন 50/50 মোত লৈনৈ। তম্নরাই থাজনব থেংনরুব কয়া অতৈপ্ন তাথ্রে। তাইবং মীগি cousoious, subconscious, unconscious mind দা অঙকপা কয়া লৈ। কনা কনা বৈজ্ঞানিকশিংন Telepathy, Spirits নচিংবগি মরমদ Research তৌনরি। ঐগি মোঙি Luigi Pinamdello গি Theory of Relativity (ঐনষ্টাইনগি General theory of relativity নত্তব) দু য়ানীংই। মী মীগি Culture গি মতুং ইন্ন উই - তায় - বিচার তৌনৈ। মন্নি শারিদ - লৈচীন নোংফাই মরক্ত তয়রাংগুম্বা তাইবং মমি শাম্বগুম্ব উনব য়াই। অঙকপ তাইবংপা লৈব ঙঙকপ মীওইপোক্লি।

জি. সি. তোংব্রা

# চেক্লা পাইখ্রবনা

[ ১ ]

নোংমা নুংথিল নুমিৎ চাইথরকপা মতমদা প্রবীরনা ঐবু য়ুমদা লাক্লুনা হৌরে—"ভাইজী হনুমান ঠাকুর খুরুম্মুসি।"

নুমিৎ অদু লৈপাকপোকপা নুমিৎনি, অফিস ছুটি ওই, তারিখ কাউরে। ইবান্নি লাইরিক তম্মিন্নরিবৈদগী চান্ননা তিন্নরকপনি। হান্নদি মিং ফান্দুনা কৌনরম্মি, হৌজিক্লা ভাইজী কৌনৈ। অহল্লোন্দা চল্লম্বা য়ারগদি "ইতাও" শান্নরম্বা য়াই, হৌজিক্কী নহারোন্দা চল্লম্বা য়ারগনা "মরুপ" হায়নরম্বা য়াই, অদুবু ঐখোই অনিদি অহলগী থাক্ত লাবা য়াদিবা নহারোলদগীদি লিখৎলক্লবা মরক্ত লৈবা পাখং-শরি হায়বদু ওইনা তৌদুনা অফবা মিঙ্গৌ অমা শেম্বা ঙমদ্রিবৈদা এডহোক ওইনা ইবান্নি ভাইজী কৌনরি। মানা মণিপুরগা সিভিল্ সার্ভিসতা লৈ, ঐনা উকিল ওইরি।

মানা হনুমান ঠাকুর খুরুম্বা হৌরবগী মরমদি মহাক অমোৎপা পক্লনা থবক-ফবা অফিসর অমনি হাইনা এম, সি, এস, দা লৈরম্বদগী আই, এ, এস, দা প্রোমোসন ফংবগী নুংঙাইদুনা লাই খুরুম্নিংদুনা হৌররিবনি।

ইবান্নি লাই খুরুম্বা লাকমিন্নবদা ঐনা রারি শাই—"ভাইজী শেঙ্গা-থুমজাগী থবক অসি অরোবা মীগী দোষ ঙাক্তম্নু নত্তে, প্রজানা পিনিংমন্‌বদগীম্নু অমোৎপসি হেল্লবনি।"

প্রবীরনা খুম্মি - "প্রজাগীদি করি তৌরুনি ভাইজী, মখোইনা নিংজবদু য়ুংনবা হোৎনবদা খ্বাইনা তৌনরিবা মওংদু নত্রবদি অতৈ লম্বী লৈত্তবগুম খন্দুনা লম্বীদুদা অদুম পুখবা মশানা তাবনি।"

ঐনা ওকই—"অঙম্বত্নুনা লৌ হাইবা য়াদ্রবদি ফনা তৌবিগনি হাইবা থাজদত্নুনা হেক্ক নমহাত্নুনা পিশিনবনি, অত্নুনা অঙম্বসু তৌফম খংদবা জাৎনি।"

প্রবীরনা হাইরকই—"মত্নুদা ভাইজী অঙম্বত্নুনা মশাগী ইজৎ ঙাকপা ঙম্নবা অকনবা ফিরেপ লৌগদবনি। অহল-লমনগী লাইরা— শেলদি তাল্লগা ফংই, ইজত্তি লৈবা ফংদে হাইবা মমল য়ামগ্রবা ৱাসি মী খুদিংমক্লা নিংশিংবা চুম্মি। ইজৎপু শেন্না লৈহনগ্রবদি সমাজদা হিংসা পোক্লক্কনি, অরানবা চেঙ্গুম শৌগনি।"

ঐস্থু য়ানিংবা ফোংদোকই—"হিরম খুদিংদা অমোৎপনা শো শাগ্রবসিদা সমাজগী হকচাংসি লাইথুংনা য়োম্লবনি।"

প্রবীরনা হাইরকই—"অত্নুনা মঙ্গুং থিংনা ইশাগী ইজৎ ঙাকপসি মী খুদিংমক্লা তৌদবা য়াদ্রবনি। মঙ্গুং থিংনা হাইবদি মীনা খঙ্গে খংউ উগে উ, উরোই তোকউ, ইশা খংনা উনা ইশা ইথন্দগী মাংদা অমোৎপা অরানবা তৌদবা, ঐগী মীনা তৌরম্লগা খংলকপদা শেংদোকপা।"

প্রবীরনা প্রোমোসন ফংবত্নু মতিক চাই হাইনা পুক্লিংদা পানবগা লোইননা ঐনা হাইরম্মি—"মত্নুদি মী খংদে লাই খংদে পুম্নমক্লা য়াগদবা লিচৎনিদনা ভাইজী।"

প্রবীরনা নোংশিল্লকই—"অস্থুম তৌনা ইশাগী মাংদা ইশাগী ইজৎ ঙাকপসিবু ধর্ম্ম অমা ওইনা চৎপা ঙম্নরবদি ভাইজী শেঞ্জা থুমজা, খংদে, অরোনবা কৈথেল খংদে, অচাপোক্তা পোং য়ানশিনবা খংদে, হিরম খুদিংদা অমোৎপা ফনা নিংথিনা কোক্কনি।"

অস্থুম্না ৱারি শাত্নুনা লাকপনা মহাবলী উমং মনাক য়ৌরক্লে। মহাবলী উবদা প্রবীরনা হাই—"ভাইজী মহাবলী উমংসি উবদা অহল ওইরবা যোগী অমা ধ্যান তৌত্নুনা লৈবা দর্শন ফংবগুম পুক্লিংসি হাইফম খংদনা পেনবা হুঙাইবা অমা পোকই।"

মহাক্কী মিৎয়েংহ্ন য়োঁবা ঙমত্রবস্থু মহাবলীসি শেমগৎহুমা থম্দা য়েংকম অমা ওইমা কান্নবা পোৎশক অমনি হাইমা খন্দুমা ঐনা খুশ্মি —"অস্থুক কক্রবা আশ্রম অসিবু নিংথিনা শেম্নগৎপীহ্নুনা লৈবাক্কী মল অমা ওইনা ঙাকপি-শেনবিহ্নুনা থম্নবা মতিক চাবা আইন অমম্থুং থৌরাং খর মণিপুর সরকারনা লৌখৎপিরবদি কগনি। মসি মথোং চাদমা মা হনবা পান্মুই।"

প্রবীরনা হাই—"মসি মাংখিবমা ইস্কালগী ঈশিং-মুংশিঙস্থু অকায়ইবা লাক্কনি।"

অঙাং ওইরিবৈঙ মতমগী হৌজিক খেনবা অমা ঐনা পল্লি—"অহুগা ভাইজী থৌরোইবিদবগীরা করিনো মহাবলীদা শেকপী য়াম্না লৈরমান্নে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিবৈঙদা হুমিদাংবাইরমদা খুল্লক-ইরক্ত সেকপী য়াম্না পাইথোক্লম্মি, ঐখোইনা কোরম্মি ; হৌজিক্তি সেকপী পাইথোরকপা উদ্রে।"

প্রবীরনা যাল্লকই—"সেকপীদা মম্ভে ভাইজী, মণিপুরগী ঈশিং-মুংশিংসি য়াম্না শাথিনা হোংলমান্নে. শেনবাং উখিদ্রে, খম্ব্রাংচাক পাইরকখিদ্রে চোঙা-ত্তেনরা মাংখ্রে. মিংথম কাম্নি ওম্নবা মতমদা কদাই-দগীনো উবোক অঙৌবা শঙ্গ শঙ্গু মোংদোমথক্ত লোক্তাক তম্না পাইবহ্নু উখিদ্রে। হৌখিবা মতমহু মুংশিদকো ভাইজী। ঈশিং-মুংশিক্ত মক্তমা মীগী পুকচেলস্থু শাথিনা হোংলে।"

ঐখোই লাইশং য়োরে। মহোশাদি লৈপাকপোকপা হুমিঙা মী য়াম্না লাই খুরুম্না লাক্কবনি, ঙসিদি মী ইরাক লাক্তে। ঐখোই অনিগা হুপী মমা মচা ওইনা তৌবি অনিগা ঐখোই মরিনা লোইয়ে। ঐনা লাই সেবা ত্তে রিবা ব্রাহ্মন্দা মরম হংবদা মামা হাই—"নহারোল খরমা মহাবলীসিদা ইরাং ত্তোগনি হাইবা ভোকঙা অমা শম্দোকই, মতুদা ইরাংহ্নু থেংমনিংদহ্নুনা লাক্তবা ওইরমান্নে।"

প্রবীরনা মথন্দা শোল্লি—"নহাগোলশিংনা ইরাংনা চেন্দুনা পুন্নম-গদবগী শরুক মহৈ মশিংহুম কম্না তমশিল্লবদি মশাগীস্তু লৈবাকীস্তু কান্নগদবনিকো। মপা মমা অহল ওইবশিংগী রায়কপা কাওবা অমা ডসি সমাজ অসিদা তমথিবা মওংদা লৈরবনি।"

ঐনা হাই—'ইরাং পান্না হাইবহুদি নহা ওইবগী হৌনবিনিদনা ভাইজী, অহুদা রাখল থেন্দুনা তৌব্রা নক্রগ্না মশাগী ওইজবা থিবগীরা অঙাংশিংনিবু শেরাস্ননা লমজিংবিবা অহল কম্নাস্তু য়াওরিবনি। হয়েং মহাশিংনা অহল ওইরক্লবা মতমদা মখোইদা ওনথংতুনা শিরাপ তৌরকনি হাইবা নিংশিংদনাল্লে।"

প্রবীরনা লাইদা কৎলবা পূরকপা পোংচৈশিংহু দক্কিনাগা কোন্ননা সেবা চংপা ব্রাহ্মণ্দা পিশিল্লি। ব্রাহ্মনা পোংশিংহু হনুমান ঠাকুরদা কৎলি, ঐখোই অমিনা নগুবং তৌনা থুরুম্মি। লাই খুরুম্নবা মতুংদা প্রবীরনা য়োং পিজনবা পুরকপা অচাপোং শরুক অহু ব্রাহ্মনবু খাই-দোকহল্লপা মহু পাইহুনা ঐখোই অমিনা লাইশং মরাদগী থর চখোক্লগা য়োং-য়ামদা হুন-হন্দুনা মচিঞাক পিজরম্মি।

ঐখোইগী মতুংদা হুপী অনিহু লাই খুরুমকৌই। লাই খুরুম্বা লোইরহুনা মহা ওইবিহু, লৈশাব মাল্লি, মঙ্গল হরাই মরু থর পুহুনা লাক্লগা ঐখোইগা য়াইয়োক্লনা লেপতুনা য়োং-য়ামদা মঙ্গল মরুশিংহু হুন হন্দুনা পিজে।

প্রবীরনা মমিংনা মহা হুবিহুদা য়েংলগা মচিন্না ঐঙোন্দা হংলকই —"হুপীসি কনানো ভাইজী ?"

প্রবীরগী থ হাই থংথিলগী রাহংহু তাবদা মহাহুবি অহুগী পাইনা হুংদা থংহৌদনা অপাম নুংশিগা ইহৌ অমা পোক্লকমাল্লে। থম্মোই-হুংগী মরোল থোক্লবা মপাউহু পাউদমজনিংবগুম মহা হুবিহুনা খোইকুম মোমোন তৌহুনা রে দাশিনবা মিচ্চিনা প্রবীরদা কল্লপ ফল্লপ

য়েংলকই। মশক খংনিংহুনা য়েংলিবা প্রবীরগী মমিংকা মিংকা মিংচান্নরুই। মী উখিনি হাইবগী ইকাইবগুম প্রবীরনা মমাই খংলৈ লৈথোক্নুনা ঐঙোন্দা পাউখুম ঙাইবগুম য়েংহুনা লৈ।

ঐনা ব্রা লান অমত্তা ঙাংলমদনা তুমিন্না অহল ওইবী নুপীহু তম্না মাই ওন্দূনা চংলি। অহল ওইবিহুস্ন লাই খুরুম্বা লোইরবা মতুংদা ঐখোইনা লৈরিবদোমদা লাক্লম্মি। ঐনা চংশিন্দুনা নহা ওইবিহুগী মরমদা হংবদা মানা নিংজিং-মাংজিংনবগা লোইননা শিং শিংনা মথং-মথং হাইদোক্লম্মি—"নহা-নুবিহু মাগী মচানুপীনি, মথন্দা পোকই, মপা লৈত্রে, মমিং উর্মিলা কৌই, চহি কুন্মাথোই চংলে, হাওবম নিঙোম্নি, শিংজৈম চোংথাম লৈকাইদা লৈ। মচানুপীহুগী পাঞ্জী য়েংলুবদা ওইজ ওইথক তমা ফংউ হাইবা লৈ হনুমান ঠাকুর খুরুম্মু হাইরকই, অদুগী হনুমান ঠাকুর খুরুম্নরিবনি।"

ঐনা মমাগা ব্রা ঙাংনবা লোইরহুনা মাই ওন্দূনা প্রবীরগী নাক্ত লাকপদা নহা নুবি অহুনা মমাগা করি ঙাংনরিবনো খংনিংবগুম মমাগী নাক্ত লাকই। মমা-মচা অনি লাই অমুক খুরুম্নগা মমাহুনা মচানুপীহুবু মমল খর কাহন্নিংবগী মওংদা 'চংসি ইবেম্মা' হাইহুনা পুহুনা চংখ্রে। উর্মিলানা মচিন্নান হাইফেং কাংলগা প্রবীরদা মিচ্চিনা খোই-খোই নোক্লম্মি। মচানুপী অহুনা নুংশি মচাক হাপ্পা মিচ্চিগী শরেং খোই অমা থাক্লম্লে হাইবহু মমাদি খংইদ্রা খংইরোইদ্রা খংদ্রে, অহুগা উর্মিলাগী শুক্মাংনবা মীনোক্পা আমোন চলহল্লবা প্রবীরগী পুক্নিং অহুদি লেঙম শাঙমদনা খোইহুদা পুথ্রবমাল্লি। উর্মিলাবু তুংইন্না য়েং-নিংবা প্রবীরগী মমিং অদুদা ঐনা লাকপহুনা মাইখল ওইরুরে।

মুপী মমা মচা অহগী ব্রাখন্দগী ইতোং তোঙানবা মওংদা প্রবীরগী ব্রাহং অহুনা ঐঙোন্দা ওম্লোক্লা হাইনিঙাই খংদনা মুঙাইবা পি। ঐনা মুঙাইবগী মরমদি ব্রারি খর শাংই। প্রবীরদা নহা-নুবিহুগী ব্রারি ব্রাখোং তমদ্রিঙৈদা ঐনা মুঙাইবগী ব্রারিসি হাইহৌনিংই।

ৱারিত্তুগী ৱাহৌদোক ওইনা প্রবীরগী মরমদা হাম্না ৱা খর শেং-দোকহৌবা চংই। প্রবীর পাগ্রানি, মাগী কুপীত্তু মরাইবক থিদুনা অঙাং পোকপদা লৈখিদ্রে। অঙাংদুদি হিংহৌই, নিপানি। প্রবীর হাইবা নিপাসি মপাম্বোংদা কঞ্জাননা উরবস্থু অমেংবা থম্মোই অমস্থু চেনবা মীনি। মরক মরক্ত অপুনবা অমনা হেক হেক পুবগুম তৌই। মাগী হাননগী: পীগী মমিং প্রমিলা কৌই। ৱারি হৌজরগে।

নহালৱাই ফনা কুইবে, নোংমা প্রবীরগী মমানা মী থারক্লুনা ঐবু কৌহল্লে। প্রবীরগী মমাদা ঐস্থ ইমা কৌই। ঐনা চংখিবদা ইমানা হাই "অতো, নং নত্রবদি কনা অমত্তনা ঙম্মরোইদবা থবক অমতা নঙোন্দা শিন্নগে হাইত্তুনা ইমানা নংবু কৌবনি।"

ঐনা হংই—"করি থবক্লো ইমা?"

ইমানা হাই—"ইবুংঙো নংস্থ খংইবনিদো ঐগী মুংশিখিবি ইমৌত্তু লৈখিদবা কুমওন অহুম্লক শুরেদো। ইমুং অসিদা অঙা পিশক অসিমনে, ইমানে অত্তুগা নংগী মরুপ্পে ঐখোই অহুমদং তরক তরক খুন্তাক লানশিবগুম লৈবসি ইমাদা ওন্থোক্লা নুংঙাইতবা অমা ওইরে। অত্তুগী মথক্ত ইমাদি অহল ওইরেদো, মাং তেল্লবনি। নংগী মরুপ অসিনা ময়ুম মকৈ অমা নিংথিনা পান্দুনা লৈহৌবত্তু ইমানা শিদ্রিঙেসিদা উনিংই। অত্তুনা অতো নংনা নংগী মরুপসিগী কুপী অমা থিননবা শিনবগী থৌদাংসি ইমানা নঙোন্দা শিন্নগে। অতৈনদি ঙম্মরোই। করি হাইবগে?"

ঐনা ইমাগী নুঙাইনবা খুম্মি—"ঐনা ঙম্মখি হোৎনগে ইমা।"

ইমানা মথৱাই হাইফেৎ নুঙাইনা হাই "ঙমদবা য়াদে ইবুঙো ইমানা নঙোন্দা হান্ননা মাংজৌননা বর পিরবনি।"

ইমাগা ৱা ঙাংনবা কুমিংতুগী মতুং নোংমা কোনবদা, মিদাংৱাই নুমিং ময়ুম চংদ্রিঙৈদা ঐনা প্রবীরবু কোইরুসি হাইদুনা পুরকই।

আসাম রাইফলসগী মো·চুপ থংবা পেটকী মরাদা কংলা পার্কগী মপান্দা সোকা অমদা ইবানি মাই নো চুপ ওন্না ফমদুনা বারি শারম্মি। মতম অদু শোরোক্তা মী য়াম্না কু মা চৎপা মতম্মি। থাইরম্বন্দ কৈথেলদা ইমাইবেমশিং পোং য়োনগদবা কাংবুমা মাগী মাগী মপোৎ পুদুনা খোঙ্গাপ কন্না হাইগৎনরকপা কৈথেন্দগী পোং লৈরগা কুম্নরকপা কাংবুস্থ হাইথনরকপা মতম্মি।

ঐমা শোরোক্লোমদা থুং থিল্লগা প্রবীরদা হাই—"য়েঙোই ভাইজী মণিপুরগী ইমাইবেমশিংসি ওন্থোক্না মোম্বা কনগ্রেদকো।"

প্রবীরনা হাইরকই—"পৃথিবীগী মচুংদা দুপীনা মোম্বা কনবসি জাপানগী দুপীগা সাউথ কোরিয়াগী দুপীগনা মহেল্লে হাইনৈ। অদুবু মণিপুরদস্থ ঐখোইগী ইমা ইবেমশিংসি নত্রবদি সমাজ অসি পাববা ঙম্মোইদবোই নিংই।"

বাপাং চাংরুবা ওইনা মরু ওইবা রাফমগী লংজিল কংলবগুম দুঙাইদুনা ঐনা হাইরম্মি—"অচুবনি ভাইজী সমাজদা কান্নবগুম যুম অমা পানবদস্থ দুপী হাইবসি য়াওদবা য়াদবনি। প্রবীরগী মমাইদা হাইকেং য়েংলম্লগা ঐনা মখা ভাই—"দুপী য়াওদবা তুমা শুদবা ইমুংদু নামা ইহো হোবগুবা অমা ভোই। যুম্বামলোন্দা তুমা শুবা হাইবদি দুপীনা নিপাগী হকচাং তংখাই ওইদুনা নিপাবু মপুং কাহনবা অদুগা ইমুংগী মমা ওইদুনা যুম পুবা অদুবু তুমা শুবা কোই।"

প্রবীরনা ভিংঙক যুঙক চানা "হোইস্থ হাইদে মাইস্থ হাইদে" বা ঙাংদনা তুমিন্না লৈ। ঐনা বা অমুক কেজিল্লি—"ভাইজীগী ইমুংস্থ অহোবসিগী মচুং চল্লিবনিদো।"

প্রবীরনা থুম্মি—' ভাইজী, ভাইজীস্থ থংইবনি ঐগীদি তুমা শুবগী পুজিদু ওইগ্রে, ইরাইবক খিদুনা হৌজিক পাগ্রা ওইরে। মসিনা অরোইবা ওইরসন্থ।"

ঐনা য়েংলি—"ভাইজীগী পুন্সিদি হৌরকপদা ঙাইথিবগুম্বনি, পুন্সিগী শাংলবা মতম মাংদা ভাহুনা লৈরি। অশাংবা লম্বি অসিবু অহাংবা লম্ফা মরক্ত চংহমবা চুমদে।"

প্রবীরনা খুম্মি—"লাইবক্না তম্লবদি অহুগুম্বহু অহুম খাংবা তারেমনা ভাইজী।"

প্রবীরবু লাইবকী লাম্বা ওইনা খনবহু কোরবা ওইনা ঐনা হাইরম্মি—"তাইবং মীপোক অসিদা খরস্থু থিংতম্না হুঙাইথোকপা তম্বা কৈ ভাইজী। বার্নার্ড সোগী বাখল্লোন্দা মীওইবগী পুন্সিসি মশামশাগা পোল্লোই ওইজবনি, মসিগা কমাগসু করিগসু মরি লৈনদে, অহুনা মী মীহুনা হুঙাইগদবা পামজবা মওংদা পুন্সি লেল্লু, মহুগীদমক লাল্লি চুম্মি হাইহুনা কনাদসু পাওথুম পিগদবা লৈতে। ইংরেজীদা হাইরগা ''Life requires no justification. It is an end in itself." মসিনা পুন্সিসি হাইচিনবা খরা কোকহনগদবা মাল্লি।"

প্রবীরনা ওক্লকই—বার্নার্ড সো অচোব অইব ওইহুনস্থ, কাগী জুগাই ওইনা অচুম্বা কয়া ঙাংহুনস্থু মাগী ফিলোসোফিদি পামজদে ভাইজী। সংসার কোবা ঈচেল মাইবা ঈপাক অসিদা পুন্সি কোম্বা হিবু অফ-লমজিং খরনা মীথি খরমা হিনাউ শাংবা য়াওদনা মানা মানা খোকপা তাউহল্ল। করিস্থু অফবা ওইরোই"

প্রবীরবু হুগী অর্মুক থিহন্নবা মাকোইমনা হাইনবদা খুমাং চাওশিনবা ইয়া মাদ্রে, মামা লৈথোক্লবদা হোংনহুনা লৈরে। থাইনগী মহাভারতকী ভীষ্মবু হুগী থিযু হাইনবনা খনা লাইগদোবোইনা খল্লি। চুমদ্রিংনা তকশিন্দুনা থিংগরা থিরোইরা হাইগদবস্থু মানা অকননা ফিরেপ লৌহুনা থিরোই হাইগ্রবদি মতুংদা মসিগী হিরমদা ইরৈসি অমুক কাংথোকপা ঙম্মরোই খল্লহুনা রাকম অতৈদা কৈদোক্লগে খল্লে।

ঐনা হাইরম্মি—"ভাইজৌ ইবান্নিনা ওসি মাগী মপান্দা করমহুনা বারি শারিবা কংলা পার্ক অসি থাইনগী মণিপুরগী অহল-লমমশিংগী লেম্না শুরম খুংসু-মম্মিদো, মসিনা ওসিদি ওস্থোক্লা করমা কান্নবা পোং অমা ওইরে। অপংবমি হাইনা লৌবিন্নবা থাইনগী অহল লমমশিংনা লেম্না শুত্নুনা লৈবাক্তী ওইবা পোং শাহুনা থনম্মি, হৌজিক্তী হৈ-শিংলবা মহাৰোলশিংনা লৈবাক্তী ওইবা পোং খুগাইহুনা মাংহল্লি।"

প্রবীরনা পাংশিল্লকই- "অপংবশীংদা চল্লবা মীশিংনা ইকাইখিঙাই ওইবা থবক কয়া অশিংবশিংমা হেক হেক তৌই, ইতিহাসনা মতুগী শাক্কিখি।"

ঐনা মোংশিল্লি—"মতু হৌজিকমক ওইখি ভাইজী। এটোমগী লানগী মখিদা ওসি মীওইবনা মঙলাক্লি। মসি অহৈ অশিংদনা খোকহল্লিবনি।"

প্রবীরনা ঐগী বাহু শৌগংপা ওইনা হাই—"ভাইজৌ ওসিগী জগৎ অসিদা মীওইবগী অচুম-অরাম থংবা বুদ্ধি কোন্সিয়েন্স কৌবহু অস্তুক্কী মতিক মপাঙ্গল লৈনা পাক্লা চাউনা মখিং পাংহনবা দরকার ওই মংদি মীওইবগী কত্তনবা তৌবা মীনা মমাই লোংনমবা পাক্লবা সংসার অসিদা খুজিল মচেং অমগী লম ফংদনবা।"

ঐনা মতাং চাবা ওইহুনা পল্লি—"মতুগী থবক আমেরিকা, ইউরোপ অমদি রুশিয়াদা কাওবা হুপীশিংমা মীওইবা জাতিগী মমা শক্লুনা মীওইববু এটোমগী তমথিরবা মীহাত্তগী কন্নবা শাত্তিগী লম্দিা থবক পাইখংলি।"

প্রবীরনা হাইরকই—"থাইনগী লাইগী বান্নিদস্ু তমথিরবা হিং-চাববু হুপীনা ওমকই। খুদম ওইনা মহিষাশুর দুর্গা।"

ঐনা কেজিল্লি—"অতুনা তাইবং অসিগী খোসিন্দা মুপীগী শরুক মুপীগী মকম চাউবা নৈ। অতুনা য়ুম্বানবগী লমদম্ব ঙসাই হাইনর্থিবত্থ অমুক তারক্লে।

প্রবীরনা মৈঙান্দা মাগী খুদাং ঘড়িদা য়েংলগা হাই—"ভাইজী ঐ কাইল থর শুগদবা নৈ, মতমসি পাংঙম ঙক্রে, চৎনবা তোরসি।"

ইবান্নি হোৎনৎতুনা লাকখিন্নরে। মাস্থ ময়ুমদা চৎপ্রে ঐস্থ য়ুমদা লাক্লে।

ইমানা ঐঙোন্দা শিন্নরকপা রাতু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমদ-খসিদা ঐগী পুক্নিংসি রাই ইচিম চিন্দুনা হুঙাইরে। কমদোরগা প্রবীরবু য়াহনবা ঙমগদগে হাইবগী মওল মওল খল্লম্মি। কংলা পার্ক মপান্দা রা ঙাংনখিবা অতুগী মতুং তুমিং মরিনি শুবা তুমিঙা প্রবীরগী ময়ুমদা চৎতুনা অরোইবা ওইনা ঙাংনক্লরগে, য়াদ য়াম্রগা ইমানু ফাওবা হাইহল্লগে হাইনা খল্লতুনা প্রবীরগ ময়ুমদা ঐ চৎলে। অমক পুং নিপাল্লোম তাবা মতমদনি। প্রবীর ময়ুমগী অখিস কাদা কমতুনা লাইরিক শুরম্মি। প্রবীরনা ঐবু উবদা হংই—"ভাইজী বরি থবক্রী?"

ঐনা চংশিন্দুনা মাগা মায়োক্লনা চৌকি অমদা ফম্মি, ইচিন্না চিং লেন্না হাইরম্মি -"ঐনা পাংথোকপা ঙমদ্রবা ইমাগী য়াথংসি ঐ পুবা ঙমদ্রে, মঙোন্দা শিন্নরগে হাইতুনা লাকইবনি।"

প্রবীরনা হংই— "করি য়াথংনো?"

ঐনা খুম্মি—"নহাল ঐনা কংলা পার্ক মপান্দা হাইবা রাতুনি। মতুংদমক ইমাসি য়াম্না মথরাই শোক্লবনি। ইমানা শিদ্রিঙৈদা নংনা লিংখিনা নয়ুম মকৈ পান্দুনা নৈহোবত ইমানা উনিংই। মতু নংনা থুংহল্লরোই হাইব্রা?"

প্রবীরনা মথুং ওই থংবত্থ হাইপংতুনা মরাইবক্ত খোংলগা খোঞ্জেল নেম্নপ শোল্লি—"খংদ্রেনে ভাইজী।"

ঐনা থুনা থংলি—"খংদবা য়ারোই ভাইজী "নং' হাইরগে, নংনা ঐবু নংগী য়াইফবা নিংবা মীনি হাইনা থাজরবা অত্থগা ইমাগী লমন খজিক্ত ওইরবস্থ শিংগে হাইনা নিংলবা অত্থ ওইরবদি ইমানা নিংইবসি।"

প্রবীরনা মরাই লুকথত্থনা গুহাক খল্লগা হাইরকই—"অঙাং পিশক অমা লৈবসিদা অনৌবা হুপী অমা লাক্লগা করম্বা ফিভম ওইগদগে হাইবগী য়াম্না খঙ্গানখরে, মত্থনা হেন্না পুক্লিং নুঙাইতবা য়াই। অমরোমদা ইমাগী, অমরোমদনা অঙাংসিগী, অনিসিগী মরক্ত পল্লেপফম খংদ্রে,

ঐনা থেমজিল্লি—"মত্থগীদমক্তদি ৱারুগন্থ ভাইজী। মীওইবা হাইবসিদি নুংশিনা লৈমিন্নগ্নগা নক্লবা মরি অত্থম হেক্ত ওইবনি। গান্ধীজীনা মাগী মচাশিংবুদি মহাদেব দেশাইবুনা মচা ওইনা হেন্না নুংশি, সহদেব, নকুলবু কুন্তিগী মচা নক্তে কনা হাইগদগে। ভাইজীগা ইমাগবু সেবা তৌগে লাকপা হুপী অত্থনা অঙাংসিবু লুনা তৌদবা নুংশিদবা খক ঙম্লোই। অত্থগী মথক্ত ভাইজীনা মরম চুম্না তাকপী তিকপিগদৌরিবনি।"

প্রবীরনা য়ারম্মি—"অত্থ মঙাইরে ভাইজী, ইমানা নিংবা থুংহল্লসি।"

নুঙাইরবা পাউসি ঐনা ইমাদা তম্লম্মি। ইমানা প্রবীরনা মবুক্লিং তাবা হুপী করম্বা লৈরমগদগে থিরকউ হাইদুনা ঐঙোন্দা শিন্নরকই।

অম্থম তৌনা প্রবীরনা হুপী অমুক থিযু হাইবা য়ারকপসিগী মতুং হুমিং কুন্নিমুক শুরবা মতমদনি হনুমান ঠাকুরগী লাইশং ময়াদা প্রবীরগা উর্ম্মিলাগা থেংনরুরিবসি। মাবু য়াহন্নবস্থ হোংনবা অত্থগা হুপীস্থ

ঐনা য়েংবা তাবা কিভম অদুদা প্রবীরনা "নুপীসি কনানো" হাইনা হংবদু ঐঙোন্দা হাইনিঙাই লৈতনা মুঙাইবা ওইখি। মসিনি ঐনা মুঙাইবগী রারি।

ঐনা প্রবীরগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মমানা মচানুপীদুগী মরমদা হাইরম্বা ময়ামদু শিং শিংনা মমিং মথাগা কোল্লনা প্রবীরদা তয়ে।

প্রবীরনা মাগী ফুরিংখাউদগী ডায়েরি লৌথোক্লগা ডায়েরিদুগী মনুংদা থেংতুনা থম্বা প্রমিলাগী ফোটোদু ঐঙোন্দা উংলগা হাইরকই— "ঐনা ঙসাই হংবা নুপীদুগা ঐগী হান্নগী নুপীসিগা কয়া মশক মান্নগ্র-বনো, য়েংউনেসে ভাইজী। অদুননি ঐনা খংহাই খংথিল ওইনা হংখিবদো।"

ঐনা পুক্লিং মুঙাইরদুনা ফাগী মতেক অমা তৌই—"নোংদম্বা লাইনা ভাইজীগীদমক স্পিসিয়েল ওইনা প্রমিলাগা উর্মিলাগসি উফম অমতদা য়ৈদুনা শারকল্লম্বা ওইবা তারে।"

প্রবীরনা মথন্দা শোঞ্জবগুম তৌই—"করম্না থোকউরিবনো ঙকপু ঙক-ই-নে!"

ঐনা লাইদা ইন্থোক্তুনা হাইরম্মি—"লাইনা শেম্বা স সার অসিদা অঙকপা কয়া থোকইবনি। ভাইজীনা হনুমান ঠাকুর খুরম্নদুগী মহৈ ওইনা হনুমান ঠাকুরনা শং-শং খুংশিন্নরক্লবা জাংনি। লংনহৈদে। ভাইজীগী খোংদাবা হাইবদুদি ওইরেদনকো?"

প্রবীরনা নোকফেং তৌনা হাইরকই—"ভাইজীনা মীগী কেশ কন্না পুখংলকপ্রেদা করি ফী ফঙ্গদোরিবনো?"

ঐনা ফাগী তৌই—"আপিল অপাল ওইবা কনা লৈজরবা মাদা আইনগী মতেং পীবগী মওংনি। ফীনা ইমানা পেনবা হাইবা ফীদু ফংনিংদুনা তৌবনি।"

প্রবীরনা য়াল্লকই—"হাইগুমদনা ভাইজী ইমাগী ব্রা অমদি - ।"

ঐডোম্দা শিন্নবা থবকী শরুক অহুম খোকপগী শরুক অমদি পাংথোক্লবদা থরাই মুঙাইনা ঐনা হাই—"ইমাগীদি ঐনা য়ানবা হাইনগে চৎসি।"

অস্থুম হাইনা ঙাংনহুনা ঐখোই অনি হনুমান ঠাকুরগী মন্দিরদগী হল্লক্লে। ঐস্থু ইমাদা পাউসি থুনমক তম্মিংহুনা প্রবীরখোইগী য়ুমদা চংলে। প্রবীরনা মাগী কাদা চংগ্রে, ঐনা ইমাগী নাক্ত চংহুনা থোকখিবা রারিং তাবা য়াবা মওংদা শন্নপ্লা লিরগা ইমাগী য়াবিবগী য়াথং নিরম্মি।

ইমানা পেল্লহুনা ইত্তিং তিংনা হাই—"অহু অদা হাইবা লৈতে ততো, ইমাগীদি মানা য়াবকপসিদা হেক্ত পেল্লে। ঐদি অহল গুইরবনিনা ইখোং তেল্লে, থবক থোক্লনবা শিনবস্থু ঙন্নরোই। অহুনা নবাম্নি তান্নঃনা অস্থুম ফনি হাইবা মওংদা অহুম খোগোৎপা শিল্লো। নখোয়না কবিগুম্বা হংনিংবা লৈরবস্থু হংউ, ঐনা অথংবহু তাকনি।"

ঐনা প্রবীবগী মনাক্তা চংহুনা ফাগী তৌই—"ঐগী ফী ফংলে ভাইজী", প্রবীবনা নোকই, ঐনা মথা তাথনা ইমানা হাইবকপা পুন্নমক মঙোম্দা তম্লে।

প্রবীরনা কন্থা কল্লেম্নন্না ফাগী তৌই—"নমা নচানা পেন্নবা ঐবু শান্নবিরিবনিদনা।"

ঐনা শাবিঙৈদা য়ৈহৌনবা হাইহুনা তকশিল্লি—"ভাইজী সুভগ্ন্য শীঘ্রম, চেনা পলহল্লনুসি, করম্না থবক শিনসি হাইবা ?"

প্রবীরনা খুন্নকই – "ঐখোই ঙাক্তনা ব্রা হেক লোঃথোকপা য়াবা নত্তে, মীগী মরাদি তাদনা ভাইজীনা অস্থক য়াম্না খুমাং চাওশিল্লিবসিবু কমদৌবিবা জাংনো ?"

ঐনা খুম্মি—"মখোইগী মতৌহুদা ঐগী থৌনা থর পোক্নুনা তৌবনি, অহুবু অশেংবা খংদোক্নবা ঐখোই অনি চংলুসি, ভাইজীনা হুন্নিং অমা থেপ্পো।"

প্রবীরনা হাই—"করে ভাইজা ঙসিদি লেংঙো, ঐ হুন্নিং অমা খংহল্লক্কে।"

ইমাগী থাক চংহুনা প্রবীরগী ঙাংনবা রাহু তম্লগা ঐ য়ুমদা হল্লক্কে।

হনুমান ঠাকুর খুরুম্মুবা হুমিং অহুগী মথংগী হুমিং নোংঙামথগী অমুক পুং নিপাল তাবা মতমদা প্রবীরনা ঐঙোন্দা টেলিফোন তৌরকই—"ভাইজা ঙসি খোইদোকপা অরুবা কেশ লৈত্রবদি থর ঙম্না কুম্মকউ. ঐ হুংখিল হুমিদাংবাইদা হৌরগে, ঙরাংগীহু খোঙ্গুল লিরুনি।"

ঐনা খুম্মি—"হৌজিকমক্তাদি ভাইজাগী কেশনা ঐঙোন্দা খাইদগী অরুবা ওইরি, অহুমা অতৈ লৈব লৈতবা অরাইবনি ঐ হুংখিল পুং মরি তাবা মতমদগী য়ুমদা ভাইহুনা লৈরম্লগে।"

প্রবীরনা—'থেঙ্কস' হাইরগা ফোন থাদখি।

হাইনবা মতুং ইন্না প্রবীরনা হৌরক্নুনা ইবাগ্নি উর্মিলাগী মরমচং মতৌ মবুক্লিং মুন্না খংনবা মখোইগী ময়ুমদা চংলে। ঐনা মমা মচাহু ময়ুমদা লৈরম্মবদি হুঙাইনিদকো হাইনা খন্দুনা চংলি, অতে রা খন্দে।

প্রবীরনা কম্বি চংন চংনা হাইরকই—"ভাইজা ঙরাংগী লৈশাবিহু চহি কুন্নাখোই শুরে হাইরি। ইকাইদনা হাইরহুনা অপাম হুংশিগী রাখল মহান্না পোকপা য়ারবা চহি মতাংনি। মমান্নবা পাখংমচা কয়ামসু মাঙোন্দা শরাক তম্লগনি। মহুদা মহাক্না মবুক্লিং ভাবা অমতসু ঙসি কাওবদা য়াওরম্মিরোইদরা নত্রগা মহাক অসি মমিং য়াম্বা হুপী

অমরা—অসিগুম্বা বাখলশিংসি ঐগোন্দা মওল মওল পোক্লকপা অমা তৌই। নহামক মল্লবসিদা চোপতুনা তোকত্র খংল্লে।"

ঐমা খুম্মি—"ভাইজী ঐগী উকিলগী বিদ্যা পুম্নমক শিজিন্নবা যুমা মচাদা জেযা তৌতুনা হংবদা ভাইজীনা চিংনরিবা পুম্নমক্তু শিংশিংবা শেংনা খংদোকপা ওমগনি। অতুগা ঐখোইনা করিগীস্থ চোপপুগদগে, ঐখোইদি মখোইদা বা হেক্লিমুবা অমতস্থ তৌদ্রিবা।"

প্রবীরনা হাই—"হোরেন মখোইগা বা ঙাংনবদা ঐবু য়াওহনগনু ভাইজী, ঐদি তুমিন্না অতুম লৈগে। যারে, য়াদ্রে ভাইজী নখন্দনা অতুম ঙাংনরো। ঐগোন্দা হংদবা য়াদবা বা লাক্লগদদা অতুক মহংউ।"

ঐমা খুম্মি—"হোই ভাইজীগীদমক ঐনা তুভাষী হাইবতু ওইবা তারেদনা, নিংথিবা য়ানরবদি মুঙাইনিদা।"

রাত্রি শাতুনা চংলগা লম্বি ভেল্লি হাইবগুম উর্ম্মিলাখোইগী মযুমদা ঐখোই খংহৌদনা ফনা থুনা যোরে। লাইমা কুবিবগুম মমা মচা অনিমক লৈরম্মি। উর্ম্মিলানা মাঙ্গোল মাকথদা মোরা অমদা কমতুনা মোজা লোল্লম্মি, মমানা শুমাংগী পোল্লাংখোক্তা কৌবা কিয়োল লৌশিল্লম্মী। ঐখোইনা চংখিবদা মমানা ঙরাং উনখিবশিংতুনি হাইবা খংতুনা শাওরং মুংলংননা হংই—"করি থবকীমো ইবুঙোখোই?"

ঐমা খুম্মি—"অসুম লাকপনি ইন্দোল।"

মমাসিগী কাইদাসিবু করিনো! ঙরাংস্থ মচানুপীবু ঐখোইনা লাকহৌরদৌবগুম থুনা পুতুনা হেকমক চংখিবা ঙসিস্থ ঐখোইদা চং-হন্নিংদবা মওংনা বা ঙাংবা—মসিগী মরমসি ঐ খংভম খংদনা মখোইগী যুমগী মাঙ্গোল তান্না চংশিল্লি। প্রবীরনদি করম হাইনা উরমগদগে মল্লগা খল্লমগদগে হাইবা ঐ খংদে। মহাকস্থ তুমিন্না ঐগী ইতুং ইন্দুনা অতুম লাকই। মখোইগী য়ুমতু যুমজাও মচা অমনবনি।

উর্ম্মিলানা ঐখোই উবদা নোকফেং তৌরম্লগা মাগী থবক্কী মপোং-মচৈশিংদু খোমজিল্লগা পাইদুনা ইমুংদা চংখি। ইমুংদগী কৌনা ফক অমা পুরক্লুনা মাঙ্গোল মাংশোক্ক থারগা "শোমদা লেংশিনবিয়ু" হাইরম্লগা মহাক অমুক ইমুংদা চংখি।

মানা লোকপা ফিরোলশিংদু ইমুংদা থম্মুরগা মমানা থোরক্কুনা থুনা চংহন্নিংবগী মওং ওইনা হাইরৈ—"ঐখোইগী ইমুংদি চা-হুং থকপা ইমুং নত্তে ইবুঙোখোই লাকপসিদা সেবা তৌনিঙাই অমতা লৈতে, অদুগা রারি রাতাই শাদুনা ঙহাক নুঙাইনবা নিপা নমান্নবা অমতম্মু লৈতে। অদুনা ঙহাক ফম্মগা চংখিবা তারেনে।"

নুংশিবনা লৈবা মাইকৈদদি উতুপ ফাওবা নুংশি হাইবনা মরম ওইদুনা মমাগী থুনা বিদায় পিরকপগী রাঙাংসিদা প্রবীরদি অফবদা খল্লবরা খংদে ঐঙোন্দদি ওন্থোক্লা থিনা কলেজ্জা য়েথেকপা অমা ওইগ্রে। মচাগ্নপীসি অতোপ্পা মী অমদা থাজদুনা ঐখোইবু নামহৎ মাংনহনি হাইবা খংহনগে তৌরিবা জাৎলা! অমা ওইগে ওইয়ু লাইখাই তানা ঙাংনখিদবা য়াদে হাইনা ঐনা কন্না খল্লম্মি।

মীতেক মীরো ইখং খংদনা অপূনবা অমনা পুবগুম প্রবীরনা ঐঙোন্দা নকশিল্লক্কুনা লোন্না নাকোংদা হাই—"ইমুংদা চংশিন্দুনা নিংথিনা ঙাংনরু ভাইজী।"

ঐনা হোৌগৎতুনা "ইন্দোল ইমুংদা লেংশিনসি রা অমতা তান্নরুসি" হাইরগা ইমুং তাগা চংশিল্লি।

মমানা শোন্থাংননা হাই—"করি অমুক তান্নসি হাইরিবনো!"

ঐনা চংখিবদা উর্ম্মিলানা ফক্কুপ অমা ফুঙ্গা ময়াদা লৈমরেনগী মাং ওইরপ্পা থারগা হাই—"সিদা লেংশিনবা য়াগনি।" মমাগীদমক ফুঙ্গা রাংমা ফম্মাংদা বোরানা শেম্বা ফিদা অমা থাই।

ঐনা চংশিন্দুনা ফম্মি, ঐগী ইতুং ইন্নরকপা মমাস্নু ফম্মাংগী ফিদাতুদা ফমথৈ। উর্ম্মিলানা ঐখোইনা ঙাংনবা লোন্না তাগদবগী যাত্রা য়ুম্বিগী মমাংদা থাবা উপু আলমারী মঞ্জুনবা অদুগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈখি।

ঐনা ব্রা হৌদোকই—"ইন্দোল ব্রাসি হেক্ত শন্না হাইজগেকো। ঐখোইনা লাক্লিবসি ইন্দোলগী নচা ইবেমাসি হাইজগে লাকপনি।"

মমানা হংই – "কনাগীদমক্নো ?"

ঐনা খুম্মি - "মপান্দা ফম্লিবা ঐগী মরুপ অসিগীনি।"

মমানা ঙক্লপ তৌনা ঙহাক খল্লগা হাইরকই – "লৈবাক চাউই, নুপী য়াম্না লৈ, অতোপ্পা অমদা হাইনবিরুবনা ফগনি ইবুঙো।"

ঐনা হংই "ইন্দোল ইবেম্মসিবু মী অমদা থাজখ্রবরনে ?"

মমানা লৈবোই লৈফাই ওইনা খুম্মি "থাজদ্রি।"

ঐনা গব্রাই তৌশিল্লি - "থাজ নুংজবা লৈত্রবদি, ঐনা হাইজবসিদা কদায় নত্রাইবা লৈরবগে ইন্দোল ?"

মমানা হাই "ইবুঙোখোইদি অচৌ-অশাংগী ইমুংগী মী মাল্লি। ঐখোইদি য়াম্না তোন্না লৈজবা লাইববা মীনি। অদুনা ইবুঙোখোইগা লেবা চানবা থিবিরু। অবেম্বদা ঐগী ইচানুপীসিবু পাউথোক্লবা তৌবিগন।

মমাগী চিংনবা কোক্লবা ঐনা হাই—"সত্যনা সাক্ষী ওইরসনু ইন্দোল, ঐখোই ফঙবা ব্রাখলগা লোইননা নচা ইবেম্মসিবু পাউ-থোকহনগে হাইদুনা লাকপা নত্তে। ইন্দোলখোইগী ফীভমম্নু খংই। ঐগী মরুপ অসিনা ইবেমসিবু য়ৌনা নুংশিমনখ্রদুনা থাঙ্গৈমক শেংনা লোৌগে লাকইবনি। ইন্দোলনা ঐগী ব্রা পুম্নমক ফ্রং ফ্রং কম্থোকপঙুম তৌরিবসিব কবি মরমগীনো ?"

'মমানা অমুকন্দু হন্না হাইরকই – লৌবিরোই লোবা য়াদবা মরম লৈ। অদুনা মখা তাবনুসি ইবুঙো।'

ঐমা রাশক্তুনা হাইরবা কাওবদা মমাগী রাখলদু ইহোং হোংদবা অদুদা ঐঙোন্দা ওস্থোক্লা অঙকপা অমা ওইরে। অদুমকপু ঐনা তকশিল্লি—"মন্নমদুদি অমুক হাইদোকপিয়ু তাসি ইন্দোল।"

মন্নামা মখুৎ ওইগী খুবি অমস্তুং খুৎয়াইনা মখিৎ খিৎলু অনিদু শেংদোক শেংদোক্লা হাইরকই—"ঐনা পন্নিংদবনি অদুবু ইবুঙোনা তুখিলানা হেক হংবগী লোইবা নাইত্রবন্নিনা মহাইদোক্লগে। ঐগী ইচাহুপীসি নিপা অমদা থাজদুনা লুহোংলগনি হাইনা তৌবদগী নিপাদু মরাইবক খিদুনা অথূবা লাইনা অমদগী লুহোংগদবা হুমিং হুম্নিদা ঙাইরবদা লাইগী খুম্না তানখ্রে। ইচাহুপীনা লুপ্রাশিংদা চলহৌরে। লুপ্রাবিসিবুদি নখোইনা পাম্বিরোইনেকো। অদুনা ঐনা থোশা ৱাশাদবনি।"

মি'বা কাইনা বা ঙাংভম খংদানা ঐ তুমিন্না রাখল তেরম্মি। উর্ম্মিলানা আলমারিগী মরুমদগী থোরক্তুনা মনাগী নাক্ত কম্লগা হাইরকই—"তাইবুঙো লাইবক থিবথি ঐদি ইশাগী শোইনাইরবনিনা ঐবু হংশিখি হাইবিগা তাইবঙো অসিগী চুপী ওইবা উত্তক চা দ্র. অতোপ্পা অকবা চুপী অমা থিহনবিয়ু। অদুগা ঐ হংশিখ হাইদুনা অশেংবা ওইরবদি ঐনা ভিক্ষা অমত' নিজগে হাইবিয়ু। হাইবু.চাসিগী মমুদা ঐহাক মীনাই ওইনা লৈবগা মাগী কোক তোক্লদুনা নিংগা মশক উজগে। ঙরাং উ বকতেদগী ঐগী থম্মোইসিদা মাগী মশক অদু মিকুপ অমা ফাওবা বাউবা যাদবা পকখ্রে। ঐনা নিংজবা অসি মত দি থূহনবিয়ু হাইবিয়ু।"

মমানা শাওবপ্না মখিৎ লাওথোক্তুনা মচাহুপীদা রেংই।

মমাগী ৱাদা শাথিনা নিংবা কাই মরমদি লুপ্রাশিংদা চল্লবি উর্ম্মিলাবু প্রবীরনা লুহোংউ হংইনা য়ানি থাজদ্রে, অদুবু মমাংবুদি

অমুকস্থু থাগৎমিংই মরমদি খুদোংচাবা কংলে হাইদুনা মাবা মচানুপী-দুবু লোঙা হাজানমা য়োনশিনগে হাইনা থক হোৎনদে। অদুগা উর্মিলাগী মরা ভাবদনা মহাকীদমক পুক্লিং দুংশিবা অমা পোকই। ফিভম অসিদা হাইভম তৌভম থংত্রদুনা "ঐ চংলকখিগে", হাইরম্বা ঐ মপান্দা প্রবীরগা রা তাগ্ৰবা লাক্লে।

প্রবীরনা খৌরাংনা হংই—"কমদৌরে ভাইজী?"

"ঐ চমম্নরে many a slip between lip and cup" হাইরগা উর্মিলাগী মমানা মচানুপীদু লুপ্রাশিংদা চল্লবনি হাইবগী রারিদু ঐনা প্রবীরদা তম্লে অদুগা মাঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংই—"ভাইজীস্থু নিংবা কাইরম্মগনি!"

প্রবীরনা হংলকই—"মচানুপীদুগী মবুকচেন্দি করম তৌই?"

ঐনা খুম্মি—"মদুদি বরি হাইরুনি" হাইরগা উর্মিলানা ভিক্কা মিক্তরকপগী হারোলদু প্রবীরদা শুগাইনা তম্মি। অদুগী মথক্তা ঐনা নোংশিল্লি—"ভাইজী মাগী মতৌ অদুদা কিভম্না মরাইবক থিহল্লবনিকো হাইবা খল্লুবদা নাগাদমক ঐগী পুক্লিং রাম্না দুংশিবা অমা পোকই।"

প্রবীরনা খংহাই থংথিল ওইনা হাইরকই—"ভাইজী ঐ মাবু শোইদানা লৌগনি। ঐস্থু পাগ্রানি, পাগ্রানা লুপ্রা লৌবা লাইগী রায়েন অচুম্বনি। ঐভান্দগীদি মানবু শেংবা হেল্লি মরমদি ঐদি ইশা মোংলবা পাকা পাগ্রানি, মাদি লুপ্রাশিংদা চনবদনি তু-মনমক্তি ওইদ্রি। অদুগী মথক্তা ভাইজী ঐহাক মাগী মশাগীদমক মীহোৌবা মতে, মাগী মবুকচেল থম্মোই অশেংবা অদুক্তবুনি ঐনা পাম্বদি।"

ঐন প্রবীরদা নিংশিংই—"ইমাগী রা অমত দি ভাখিসিরা?"

প্রবীরনা মবুকচেল হোংলরোই হাইবা খল্লকই—"ইমানা ঐবু দুপী থিহল্লিংলগা দুপীসি লৌবা ইমানা দুপীসিদি পামদে হাইরগা ঐনা দুপী থিবা তোকপা তংরেদনা ভাইজী।"

মানা অত্থু য়ৌগ্রবত্থুদা মাগী নিংবা কাইদনবা ঐনা হাই—"ভাই-জীনা নিংবা থুংননবা ইমাত্থু ঐনা শোইদানা য়াহন্নবা হোৎনগে, ঐনা হাইজবদা ইমানা খোইনা অপনবা পিগনি থাজদে।"

প্রবীরনা মথৱাই নুঙাইনা নোকফেৎ তৌনা হাইরকই—"অত্থুদি ইমুংদা মখোইগা ৱারোইনরুরোদনা।"

ঐনা হৌগৎতুনা ইমুংদা চংলগা হান্নগী ফম্ফমত্থুদা ফমথরে। মমা-মচাস্থু মখোইগী হান্নগী ফম্ফমত্থুদা অদুম ফমনা লৈরম্মি। মমাত্থুগী মবূকচেল হোংনবগী মথেল ওইনা প্রবীরনা হাইরকুবা ৱাস্থু ঐনা শা-জিন্দুনা হাই—"ইন্দোল ঐগী মরুপ অসিনা ইবেমসিবু ফংবা য়াবা মরম উদ্রিমখৈ চৎলরোই হাইরে, মবূক্লিং লেপখ্রে। অত্থুনা ইন্দোলনা ইবেমসিগা ঐগী মরুপ অসিগা অনিগী মরক্ত খোংজাইঙম্বা চীং ওইবসি তোকপিরো, নিংনবা অনি থুংনজরসগু।"

উর্ম্মিলানা মমাই লৈথোক্লুনা মখুৎ ওইগী খুবাক্লা মচিন্বান খুম্না নোকফেৎ তৌই।

প্রবীরনা মচাত্থুপীত্থু তশেংনা পান্নবনি শোইদনমক লৌবিরগনি হাইবা খংলবত্থুদা ঙসাইমখৈ নুংদা ঈশিং চাইবগুম খজিক্ত পেথৌ হাইবা য়ারমদবা মমাত্থু মথৱাই নুঙাইরদ্দনা মানা ফন্নিবা ফিদাত্থু পাইত্থুনা হৌগৎতুনা লাক্লগা ঐগী নাক্ত থাত্থুনা ফম্লগা মখুৎ য়েংনা ঐগী লেংবান্দা পাইরগা নোকফেৎ তৌনা ফাগী তৌই—"ওস্থোক্লা ৱা পুবা হৈত্রেদকো, বৃন্দাদেবিনা তুতি ওই হাইবত্থুবু ইবুঙোমুক হৈরিগদরা খংদ্রে। ইন্দোল-গীদি করি হাইরুনি, নখোইনা ইচাত্থুপীসি পাঙথোকপিরমত্থুনা তোক্ক-দরা হাইবগী চিংনরম্বনি, নখোইনা থাঙ্গমক শেংনা লৌবিগনি হাইরবদি ইমা ইচাগী ইরাইবক ফবনি। অসিদগী হেন্না অতৈ হাইনিঙাই লৈতে।"

মমাগী ব্রা তাবদা উর্ম্মিলাগী মমিং মনাক ইতেক তেকখৎপা ওইনা উই। ঐঙোন্দস্থ মখা করি তারক্কদগে হাইবা তানিংবগুম মুম্না য়েংই।

ঐনা মবুক্কিং চেৎনা থাজহন্নবা হাই—"ইন্দোলনা অবোইবা য়াথং পিবিবসিদা য়াম্না সুংঙাইরে. ঐনা অঃকস্থ ব্রাশক্তিবসিনি ইন্দোলগী নচা ইবেমসি ঐগী মরুপ অসিবু শোইদনমক লৌহনগনি।"

উর্ম্মিলানা ঐগী ব্রাহু তাবদা নুঙাইমনগ্রহ্না মমিত্তা ইবা চেনবগুম উই।

মমানা হ্‌লকই—"কুঠিককা য়েংখিগদ্রা ?"

ঐনা মাগী ওইনা প্রবীরহ্ন করম্বা মীনো হাইবস্থ খংহন্নিংবা ওইনা খুম্মি—"নুপ্রা পাগ্রা লৌনববু করিগী অমুক কুঠি য়েংউগবনো ইন্দোল।"

ঐগী ব্রাহু তাবদা মমা মচা অনিহ্ন করি অমতা মবুক্কিং হনবা মতৌ উদে, থোং হাইফেৎ মান্নরে হাইবগী মথৌনাহুম পোকপা উই। মমানা চহাক ব্রাখল তৌবগা হাইরকই—"ইবুঙো নঙোন্দা ইমানা থবক অমতা শিন্ননিংই, অহ্নবু পাক হেক হাইদোকপদি ঙমদ্রে।"

ঐনা হাই—"তাকপিয়ু ইন্দোল, কবিস্থ চিংনবিগনু।"

মমানা হাইবকই—"ঐদি কনাস্থ লৈজদ্রবনি, অহ্ননা ইচান্নুপীসি লুহোংবদা ন না কন্যাদান খর পিবিয়ু হাইববু করি হাইবগে ?"

ঐনা খুম্মি—"অহ্নদি ঐগী ইবাইবক ফগ্রবা ব্রানিনা ইন্দোল, ঐনা শোইদনা কন্যাদান পিবগী থবক্তু ইকোক থোংনা লৌরবনি ইন্দোল।"

মমানা হ্‌লকই—"অসিদগীদি করম্না থবক থোকহনসি হাইবা ?"

ঐনা হাই—"মপাল থোক্লসি মপান্দা ঙাংনরুরসি ইন্দোল।"

মমাগা ঐগা মপাল থোরক্লে উর্ম্মিলাদি ইমুংদা অহ্নম লৈহোৌই। প্রবীরগী মনাক্ত ঐখোই অনি ফমথরে। ঐনা প্রবীরদা হাই—

"ভাইজী ইন্দোলনা চানবিরে, ইবেমসি ভাইজীগী ননাই নুপী ওইবা তারে। ঐনা লুহোংবদা কন্যাদান পিগনি, ইন্দোলগা য়ানরে।"

প্রবীরনা ইমুংলোমদা য়েংশিল্লগা মথৱাই মুঙাইনা নোকফেং তৌনা হাইরকই—"ভাইজীদি নুপী ময়ুমগী মী ওইগ্রবোইরে।"

ঐনা হাই—"হৌজিক্তি থবক ওইনবা তৌরসি করম্না মওংনা শিনসি হাইবগে, ভাইজীনা পাম্বা মওংদু হাইরো।"

প্রবীরনা হাই—"থুনা নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা চেনবা ওইনা তৌরগা কন্যাদান পিবগী থবক্তু ঐখোইগী য়ুমদা অতুম পাংথোকসি হাইববু ইন্দোলনা করি খনবিবগে ?"

মমানা খুম্মি—"মতুনা ইশম শম্না ফরে।"

প্রবীরনা হাইরকই—"লুহোংবদা চঙ্গদবা মপোৎমচা পুম্নমক ঐখোইনা লোইনবা লাঙ্গনি, ইন্দোলখোইনা পৈশা অমা ফাওবা তিংঙদুকো।"

মমানা মমিত্তা পিরাং হৌরম্না খুম্নমকই "ইমা ইচাবু লৈপাক মাংদা চোপকবদগী কনবিরবা হাইবগনি ইবুঙো।"

প্রবীরনা অমুক্তা নোংশিল্লকই—"য়ুমসি ইন্দোলগা নক্লবা কনানো অমদা পিথোকপরা শিন্নবরা অমা থুনা তৌথোক্লো। ঐখোইনা হয়েং নুপামচাসি লোবা লাকপদা ইন্দোলবুস্থু পুদুনা চংলগনি। মতুংদা শিদ্রি ফাওবা ঐখোইগীদা অতুম লৈরগদবনি।"

মমানা প্রবীরদা মুন্না য়েংলগা মমিত্তা পিরাং চেন্না হাইরকই—'ইমানা লান্না খল্লুবা ৱায়োগগকো ইবুঙো।"

প্রবীরনা খুম্মি—'ঐ করি খন্দে ইন্দোল", ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা "ভাইজী করি হাইখিগদবা!"

ঐনা খুম্মি - 'ঐগীদি থুনা কন্যাদান পিথোক্লিংলে।"

প্রবীরনা—"অত্থদি চৎলসি ভাইজী", হাইরগা মমিৎনা ইমুং-লোমদা য়েংশিল্লি। ঐস্থ মাগী মিৎলৈ ইম্না য়েংশিনখিবদা উর্ম্মিলানা য়ুমগী মমা.থোংগী থোংবাদা মখুৎনা পাইরদুনা মঙক থিন্দোক্লুনা মুম্না য়েংজরম্বা থেংনৈ।

ঐনা মমাদগী বিদায় লৌরম্মি—"ঐখোই চৎলগে ইন্দোল থবক শোইদনবা লাই নিংবিয়ু"

মমানা খুম্মি—"ফরে ইবুঙো চৎলো, ঐদি নুপীমচাসিগীদমক গুতিগী তুম্মম্মদাইদা লাই শোল্লিবনি, হৌজিক্তি মখোই অনিগী পুন্না শোনবা তারে।"

প্রবীরগা ঐখোই অনি হল্লক্লে। ঐনা ইমাগী নাক্ত চংদুনা ইমাদা ৱারি পুন্নমক অ্য ইমানা তানিংনবা মওংদা লিরে। প্রবীরগী চেংলবা পুক্নিংদু থুংননবা ইমানা থৌজানবিয়ু হাইজরম্মি।

ইমানা হাই—"অতো নখোইগী থবক অসিদা ইমানা খুরৌ ওই-নিংবা পেন্দবা অমত্তা লৈতে. নংগী মরুপ ঐগী ইচা নিপা অসিনা পেল্লগা ইমাগীস্থ নুঙাইবা পেনবা ওইরিবনি। মানা পাম্বদা তৌ-জসনু।"

ঐনা হংই—"অংদি নুপীমচাদু নোংমা চেনবা ওইনা পুরক্লগা ঐখোইগীসিদা শম্না কন্যাদান তৌবগী মওংদা থবক লোইশিনসি হাইববু ইমানা করি তাকপিনিংবগে?"

ইমানা খুম্মি—"নবাগ্নি তানদুনা স্থম ফনি হাইবা মওংদা পুন্নমক শিল্লো, অহল ওইরবা নমা ঐবু অমুক ৱাই চিলহল্লগনু।"

ঐনা প্রবীরগী মনাক্ত চংদুনা ইমাগা ডাংনবা ৱাশিংদু তম্নগা য়ুমদা হল্লক্লে।

ৱা লোইনবা চয়োল অত্থগী অরোইবা হুমিং নোংমাইজিং হুমিংকী হুমিদাংৱাইদা প্রবীরগা ঐখোই অনি কার অমা তোংদুনা চৎলগা

উর্ম্মিলানা মমামচা অনিবু প্রবীরগী য়ুমদা পুরক্লে। নোংঙাল্লগা নিংথৌকাবা মুমিৎকী মুংথিল পুং মরি তাবা মতমদা প্রবীরগী মমাং শঙ্গোইদা লৈকাইগী অহল তরামুক্তংবু ভাবোক ওইহন্দুনা বামন অগনা শোল্লগা ঐনা কন্যাদান পিন্থুনা প্রবীরগা উর্ম্মিলাগা অনিগী য়ুম দিন্নবন্থ য়াম্না শম্না মনা মনিল নাইদনা লোইশিল্লে। ভাবোকমু অশোনবা বামোন্দুস্থ দক্ষিনা মশক থোক্লা ফংন্থুনা বোর পিরম্লগা চংনখ্রে।

বোরগা কন্যাগা লোইননা ঐনে, ইমানে, উর্ম্মিলাগী মমানে ঐখোইস্থ ইমুংদা চংলে। প্রবীরগা উর্ম্মিলাগনা মফি মরোল হোং-দোকপা মনুং চংখি, ঐখোইনা ড্রোয়িং রুমগী গালিচা ফিদা মথক্তা ফমন্থনা লৈ। ইমানা ঐবু চাক চাখো হাইন্থনা খাস্বা মরম্না ঐ য়ুমদা হন্দ্রিবনি। ইমানা ৱারি শাবা হৌদোরকই—"ইমৌ থিবিবদি লাইরন্থনা অতো নংনা ইনাও মুপীসি", উর্ম্মিলাগী মমাদা মঙক্লা ঈঙ্গিৎ তৌরগা "পুবিরকপসিদা ইমানা ওস্থোক্লা মুঙাইবন্থ ওইরে। নহালমখৈদি ইথন্দা শায়োক-শংদা য়োকপগুম ৱা-লান অমা ঙাংননিঙাই লৈতনা মুঙাইভম খংদনা লৈরম্মি। হৌজিক্তি ইচিল ইনাও ৱারি ঙহাক শানন্থনা পোথাভম ফংলগনি।"

ঐমা খুম্মি—"ইমা অনিনা নচানমৌগী নুঙাই য়াইফনবা শিন-বিগদবনি।"

ইমানা মৌ অনৌবিবু নকশিন্না য়েংনিংন্থনা কৌরকই—"ইমৌ অনৌবিন্থবু কদাইদা লৈগ্রমনো, থোরকউনহাই, করিস্থ ইকাইগনু নমাগা ঐগা নংগী তামোসিগা খুরুমজরো, বোর পিবিগে লাউ।"

উর্ম্মিলানা মফি ইনফিনা মকোক খুমজিল্লগা ইমুংদগী থোরক্লনা ইমাদা খুরুম্মি, মথংদা মমাদা খুরুম্মি অরোইবদা ঐঙোন্দা খুরুম্মি। ঙহাক কোইয়েং য়েংলম্লগা মমাগী নাক্ত চংশিন্দুনা উর্ম্মিলা ফমথৈ।

ইমানা বোর ওই খৌদাবা ওই হাইরকই—"সিদৈদি ইমুংসি নংনা পুরগদবনি হৈবেশ্মা, মরম ওকউ।" অতুগনে, ইমানা ফাগী অমনবা মতেক অমা হাপ্লকই—"থাইনা মৌ অনৌবি অমা মনেম্বোক্লা কোংকী ফোয়ামসি নংনা শুগদবনিদো। হাইবদগী অনৌবিতু কিতুনা ময়ুমদা চেনখি হাইবতুদি তোৌগনুকো, ঐখোইগী ইমুংদি ইমুং মচানি, করিস্তু রারোই।"

ঐখোই ময়াম নোকই। উর্ম্মিলাগী মমানা হাইরকই—"ওক্ত-শিংদ পুয়মক হৈনম্বেম্মনা রারক রাতেম্বিশদবনি।"

ঐখোইনা অস্তুম তৌনা রারি লুঙাইনম্বিঙৈদা প্রবীরনা ঙসাইমখৈ তুম্বনা লৈরম্বা অঙাং মচানিপাতু পমতুনা পুরক্লগা ড্রোয়িং রুমদা চংলকই। অঙাং অতু উর্ম্মিলাদা লাম্বোক্লগা হাইরকই—"মনিরতন নমা লৈরেসে, নমাবু পমহল্লু।"

উর্ম্মিলানা অঙাংতুগী মকোক্তা মখুং য়েংনা নাল্লগা—"ইমাগী নাক্তা লাউ হৈবুগো", হাইতুনা অঙাংতুবু চিংশিল্লি।"

মনিরতন মমিং মনা শিংবা অঙাং ওইনা তৌই। ড্রোয়িং রুমগী ফক্লাংদা থেংলিবা লৈখিদ্রবি মমাগী ফোটো অতুদা ঙহাক য়েংলম্লগা উর্ম্মিলাদা মুম্না য়েংতুনা হাইরকই—"ইমা নংদি নহালরাই কদাইদা লৈরুই।"

উর্ম্মিলানা—"ইম্মাদি লাই খুরুম্বা চৎলুই", হাইরগা অঙাংতু চিংশিন্দুনা মতম্বাক্ত পম্লে।

মনিরতন্না মখুং মচা অনিতুনা উর্ম্মিলাগী য়েংকী খুজেং পাইরগা হাইরকই—"হন্দক্তি ঐনা ফারনি নং চৎহল্লরোই ইমা।

উর্ম্মিলানা খুম্মি—"চৎলরোই ইচা শেম্নতুনা লৈরগনি।"

প্রবীবগা ইমাগগী মমিৎ মমিত্তা নিংশিং পিরাং হৌনিং হৌনিং তৌবগী মমিৎ ওপ্পা মতৌ মাল্লি।

প্রবীবনা উর্ম্মিলাদা হাই—"উর্ম্মিলা অঙাংত্বগা ইমা অনিগা মখোই অহুমগী মুঙাইনবা পেন্নবা তৌবসি নংগী নথৌ ওইবগদবনি, ঐগীদি মখোইনা পেল্লগা লোইবে।"

উর্ম্মিলানা প্রবীবগী মযাথ্, মকোক থোংনা য়াজবা উৎপগুম মঙক নোন্দূনা প্রবীরদা য়েংদুনা লৈ। প্রবীবনা ঐঙোন্দা হংলকই—"ভাইজী মপাম চাক্কৌবা হাইব. তৌখিসিরা ?"

ঐনা ইমাদা ওনশিন্দূনা হাই—"ইমা হন্দক্কী থবক অসিগী অসিল অবাং পুম্নমক ঐনা তৌজবনি, অদুনা মশি পুন্না ফংননবা মপাম চাক্কৌবসি ঐগী যুমদা পাংথোকচরগে হাইবু ইমানা করি তাকপিনিংবা ?"

ইমানা নোক্লদুনা হাইবকই—"রাস্মু রাবিবা, নরলস্মু তিংবা ইমাদি নোকদবা ইকাইসিবা মফম খুদ্রে অতো". যাবিবে হাইবা খংহনবা ওন্না মখা তাবকই—"শেল পংচং চংদনবা এঙ্গা, মথেল যামহনগদু পোং মতা, অসিদা শেল মনম নাইবোইদবনি।"

পুজাবি থোবক্তুনা চাক লোইরে তাক্লদুনা ঐখোই ময়াম চাকশংদা চাক চাবা চংলে। মনিবতন ইমানা চাক ইনবিগে কৌবদা য়াদদুনা উর্ম্মিলানা ইনবিদুনা মমামচা চাম্মিন্নবে। চাক চাবা লোইরগা ঐহাক যুমদা হল্লক্লে।

কন্যাদান তৌবা মতুং মবিনি শুবা নুমিৎকী অয়ুক পুং নিপাল তাবা মতমদা ঐগা ঐগী নুপীগা কাব অমা তোংদুনা প্রবীবখোইগী ইমুংগা, নহাল কন্যাদান পিবা নুমিত্তা ভাবোক ওইবা লৈকাইগী অহল তবামুক্তুগা বাত্তন তৌবা চংলি। ঐগী নুপীনা ঐগী অহানবা পোকপা থা তকক্তা ভাইবিবি ইচানুপী পমদুনা পুই। ঐখোইনা চংখিবদা

প্রবীরখোইগী মাঙ্গোন্দা নুংশা য়াইবোইনা ইমাগা উর্মিলাগী মমাগা মখোই অনি রারি শার শারদুনা এঙ্গাং মল্লম্মি। ঐখোই উবদা ইমানা হাই—"ফরেদা অতো. ইমৌসি পুবিরকপা, মখোই নহা মশেল শক খংনজনবা।"

ঐগী নুপীনা হাইফেৎ মোমোন নোকই, ঐ রা ঙাংদনা ড্রোয়িং রুম তাম্না চংশিল্লি, ঐগী নুপীস্থ ইতুং ইল্লকই। ড্রোয়িং রুমদা গালিচা মথক্তা ফমদুনা প্রবীরনা উর্মিলাগা মনিরতনগবু লাইরিক তম্বিরম্মি।

প্রবীরনা ফাগী তৌই—"ইমুং শুপ্লকঅ:বাইরে!"

ঐগী নুপীনা নোক্লগা খুম্মি—"য়ুম্বান অনৌবা য়েঙ্গে লাকইবনি।"

প্রবীরনা ঐগী নুপীনা পম্লিবা অঙাংদা থিল্লগা মনিরতন্দা হংই—"মনি নাউনাউসি নুংশিবরা?"

মনিরতননা খুম্মি—"নুংশি।"

ঐনা উর্মিলাগা ঐগী নুপীগা শকথং মাইথ নহল্লে। লুহোংলেঙদগী উর্মিলাদু মশক অমা হোংলে। থরো থম্বালনা নুমিৎ থা উরগা মকা ফম্না শাচ্চবগুম প্রবীরগী মঙালদা উর্মিলাদু হান্নদগী য়াম্না হেন্না মশক মচু থোক্লে. মথরাই পেন্না নুঙাইবদু মমাইদা ফাওরে।

ঐখোইনা ফমদুনা রারি শারিলেঙদা ইমাগা উর্মিলাগী মমাগস্থ এঙ্গাং শেম্না লোইদুনা ঐখোইগী মরক্ত য়াওরবে। ইমানা ঐগী নুপীদা হাইরকই—"নির্মলা নংগী নবুংঙো ঐগী ইচানিপাসিগী মপান্দগী ইনেমদি হাইনিঙাই লৈতনা অনৌবা মপোক অমা ফংবগুম নুঙাইরেদো নহাল-খৈ খুন্তাক লানসিবগুম তৌরম্বদু হোজিক্তি চুড়াচাঁদ মহারাজ করম পাঞ্জরম্মিদনো হাইনবদু য়োনা নুঙাইরে।"

ঐগী নুপীনা খুম্মি—'ইমানা নুঙাইবসিদা ঐখোই পুম্নমকস্থ নুঙাইরবনি।"

ঐনা ইমাগা প্রবীরগদা ঐখোই চাক্কোবগী বার্ত্তণ তৌবা লাকপনি হাইবত্থ খংহল্লে অত্থগা লৈকাই অহলশিং অত্থবুদি নহা অমা নেক্লগা তোইহল্লু হাইনা প্রবীরদা বার্ত্তণ শিন্নরম্মি। অদুম্না শিল্লমগ্না ঐখোই যুমদা হল্লক্লে। কন্সাদান তৌবগী তরুক্কি শুবদা চাক্কোবগী থবক পাংথোকখ্রে।

ঐগী থবক চিনবগা করিগা প্রবীরখোইদা চত্তবা মতম ফনা য়াম্না কুইরে। মরক অসিদা ঐগী ইমুংদি মীশিং হেনগৎলক্লে। চহি অনি অনি কান্নবা ইচানিপা অনিখকক্সু মথং মথং পোক্লে। প্রবীরগী ইমুংদি হান্নগী মীশীংদা লেপতুনা লে। ঐগী অকোনবা ইচানিপাগী ষষ্ঠী পূজাদা মথক্কী ইচা অনিগী হাক্তক্ত তৌখিবগুম প্রবীর ভন্তানা লাকই, উর্ম্মিলা লোইনরকই, মনিরতনদুস্থ পুবিরকই। মনিবতন্না ঐগী ইচাল্পী অহনবু মথুৎ পাইদুনা কোংচিং চিংদুনা শান্নমিন্নে। ইচাম্নুপীগী মমিং মমানা মনিমালা থোল্লি, অদুবু মনিরতন্নদি ইচানুপীবু মমিংগী মহুত্তা মেম্ মেম্ হাইনা কৌই। অঙাং য়াম্না পোকপগী মরমদা রারি শানবদা প্রবীরনা হাই—“ভাইজী ঐগীদি মনিবতন্না লোইরে, অতৈ পোকপিদ্রবা হাইদুনা লাই থুকম্মিবনি। চীনাগী অঙাং পোকপগী রারক রাতেমসি ঐ পাম্মি।”

উর্ম্মিলানা মনিরতনবু নুংশিবত্ত উৎনিবগা লোইননা য়াল্লকই— “লাইনা তম্লক্কুনা করিগুম্বা অঙাং পোকপা থোক্লবস্থ ইচা মনিমুক নুংশিবা ভস্মরোই। মানা ঐগী থম্মোইসিবু স্তুক পাক চাউনা কনথ্রিবসিবু করম্নো খংদে।”

ঐনা প্রবারদা মিং খংলগা মমাংদৈদা হাইখিবা রা প্রবীরদা নিংশিংই—“ভাইজী নুপী থিরমদাইদা ঐনা হাইখিবদো।”

প্রবীরনা খুম্মি “চানক্করে ভাইজী, মানা অঙাংসিবু য়োনা নুংশিনা লুনা তৌবসিদা ঐস্থ ইমাস্থ পুংপেন পেনখ্রে। ঐখোইগী

ইমুংসি মনা মনিল অমতা নাইদনা ইংনা হুডাইনা পাল্লে। ইরাইবক ফবা অমা ওইরে।"

ঐনা খুম্মি—"অহুনি ভাইজী মীওইবা হাইবসিদি অঙাংগুম পুকচেল তিংনা তিন্নরগা মুংশিনবা হাইবহু মশানা অস্থুম পোকচরকই।"

প্রবীরনা করেম্নরকই—"ভাইজীদি উকিল ওইনা ওইনা সাইকো-লোজীদা ডাক্তরেট ফংনব হোংনবা য়ারেনা।"

ঐনা খুম্মি—"উকিল ওইবগী মী জাং-জাং মখল মথেল থেংনবদগী পোক্লকপা রাখল লোগ্নি ভাইজী।"

ষষ্ঠী পূজা লোইরহুনা ময়াম চৎনখ্রে, প্রবীরখোইস্মু চৎখ্রে। প্রবীরগা উর্ম্মিলাগা হুংশিনবা চান্নবহু উরগা ঐগী পুক্লিংদা পেনবা হুডাইবগা লোইননা অপিকপা অরিকপা রাখল অমস্থ ঐঙোন্দা পোকই মহুদি উর্ম্মিলাসি মচা পোক্তবী হুপী অখুংবি হাইবহু ওইরবদি হুডাইনিদা হাইনা খল্লম্মি। মসি ঐগীদমক নত্তে, মবাম্নিগী হুংশিনা চান্নবহু মতুং ফাওবদা মশেক থাংদনবগীদমক্তনি।

মীওইবগী পুন্সিদা শিহুং নাহুং ফাওবা লিশাং শিংমা হুডাইবা পংনা থোক্তে। লাইবক ফবা মী খরদদা থোকই। প্রবীর খরসিগী মগুং চনবা মী নত্তে। মহাক্কী হুপী অনোবা থিঙেদগী মমা অনিনা হুংশিনা মখোইগী ইমুংহু নাউকোনবিরকই। উর্ম্মিলানা মথরাই চংমা ইমুং শিং নাম্না পুবগা লোইননা প্রবীরবু লাই ওইনা নিংহুনা সেবা তৌই। মমা মপা চংনা চেকশিন্না রারক রাতেস্থিবদগী মখোইনা হিরা য়াইগুম খজরিবা মনিরতন-হু লাইরিক লাইগুদা য়াম্না মথরাই য়াওই। অস্থুম্না প্রবীরগী ইমুং অহু হুডাইনা পাগ্গরকই। শেল লৈহুনা হুডাইব নত্তে, ইমুংদা লৈমিম্নরিবা মীশিংগী মনুংদা মবুক্লিং অমতা থকুম তৌনদনা হুংশিনা লৈমিম্নবগী হুডাইবা মহুডাইহুনি। অস্থুম তৌনা লৈরকপসি চহি তরাতরেৎ হোৎখ্রে।

মীগী অৱা মুঙাইবদা নাচুংবিদবা মুঙাইরিঙেদনা হেন্না খোংচৎ থুজিনবা মানবা থাম্বা য়াদবা মতম্না অস্মুম অস্মুম চৎথিদুনা প্রবীরনা মুঙাইজরকপদু চহি তরাতরেৎ শুরে হাইবা খংহৌদে। নহালমখে মুঙাইজরম্বা প্রবীরগী ইমুংদা তরাবগী মমি তাবা হৌরে।

নোংমা মুংথিল পুং অনিরোম তাবা মতমদা উর্মিলানা বার এসোসিয়েসনগী টেলিফোন্দা ঐঙোন্দা হাইরকই—"ইমাদু নুংথিল চাকচা তোকপা মতুংদা ঙহাক পোথাগে হাইনা হিপ্পদগী অকনবা লাই-যৈ তৌদুনা জ্ঞান তাদনা লৈরে, অমুক্ত থুনা লাকপিয়ু।"

ঐনা গাড়ী তোংদুনা পরপ-পরপ চংখিবদা প্রবীরস্তু লৈরম্লে। ইমাদু য়াম্না ফিভম শোকচিনবা মওংদা লৈরে। ঐখোইনা থুনা ডাক্তর খানাদা পুখংলে। ডাক্তরনা হোংনবা য়াররোই, 'শিরে' হাইরে। ঐখোইস্তু হান্ননা হিংখিগনি হাইবা থাজবা লৈবমজবনি অদুমক্তদা ডাক্তবনা হাইবদুদা ঐখোইগী মিঙগ পি থাম্না য়াদনা শিন্তরকই। ইম্না লৈতবসিদা মনিরতনগী মরুপ জোলি নেলসন অদুস্তু য়াম্না মথরাই শোক্না মখোল থোক্না কপ্পি। মহাক মাও পুদুনামৈদা লৈবা ঙামৈ মচা অমনি, মনিরতনগা এম এ. ক্লাস দা তম্মিন্নদুনা য়াম্না চান্ননা নুংশিননা লৈমিন্নবদুদা ইমানা মাবু মশুদা মশুগুম য়াম্না নুংশিনা লুনা তৌরম্মি। মীগী মবুকচেন্দি শিরগা খংই হাইবগুম মীচাবোক নেলসনগী মপিনা ইমাগী পুকচেল তাকই।

থরাইনা ভদ্ধোরুম্লবা ইমাগী হকচাং ডাক্তরখানাদগী পুথরক্তুনা মৈদা কত্তুনা মৈদা হকচাংদু তুমহনগ্রবা মতুংদা হকচাং শেংদোক্তুনা প্রবীরগা ঐপা ইমাগী শোরাংকী মরমদা রা ঙাংনৈ। নাম শোনবদি মণিপুরী লোন্দা শকপা হৈবা কাংবুবু শকহনসি অদুগা লৈজদবা ঐখোইগী ইতিক ইপা চাবা মওংদা শোরাং শোনশি হাইনৈ। ঐখোইনা অস্তুম্না

ভাংনরিঙৈদা মনিরতন চংলকই। মানা ঐঙোন্দা হংই—"বাবা মীনা শিরিবসি করিগীনো ?"

ঐনা খুম্মি – "মী মীহুগী খোইরেন লোইহনা শিরিবনি।"

মানা হংই—"শিদবা য়াদরা বাবা ?"

ঐনা খুম্মি—"আমেরিকাদা বৈজ্ঞানিক খরনা মীগী পুন্সি শাং-দোকহন্নবা লম্বি থিজিল্লি হাই। অহুবু পুন্সি খর শাংদোক্লবস্থু শিদবদি ইয়া য়াবোই।"

মানা নিংবা কাইনা হাইরকই—"অহুদি শিনবগীদমক কৈদৌনবা পোক্লিবনো ?"

ঐনা থেমজিল্লি—"তাইব্‌বামসিদা পোকপস্থু শিবস্থু অনিমক দরকার ওই। পোকপনা মীওইবগী জাতি খোঙ্গুল মুত্তনবনি, শিবনা মীওইবা মপোক্কী অরাবা কোক্লবনি।"

মানা মথরাই পেন্দনা হংই—"মীনা পান্নখিগ্রবা শিবা হাইবসিবু কবয়া দরকার ওইবিবনো বাবা ?"

ঐনা হাই—"জীব পানবা পুম্নমক অসি অহল ওইরকই অহল ওইবগা মপাঙ্গল শোল্লকই, অহুগা লোইননা লাইথুং লাইনা কয়াস্থু পোক্লকই, লাইপুং লাইনা ময়ামসিগী অরাবসি থরাই অমস্থুং হকচাংনা পুবা ঙমদবা চৈনা ফংবদগী খাংবা ঙমদহুনা শিনিংলকই। শিরগদদা অরা অনাশিংসি কোকই। অহুনা শিবসি মীওইবা মপোক্কী অরা-অনা কোক্লবা লম্বিনি। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী self immolation মথন্দা শিজবা হাইবসি রাখল অসি থবক্ত ওস্তোকপা মওং অমনি।"

উর্ম্মিলানা ফিবোল খরা মৈ থাদোকখো হাইনা কৌবি হাইহুনা নেলসন লাক্লুনা মনিবতনবু পুহুনা চংখ্রে। ঐস্থু প্রবীবদগী বিদায় লৌহুনা য়ুমদা লাক্লে।

ইমা লৈখিদবা থা অমরোম ফারবা মতমদা নোংমা অমুক অমা পুং নিপাল তাবদা মনিরতন্না মাগী মরুপ জোলি নেলসনগা লোইমনা ঐখোইগীদা লাকই। ঐনা মখোই অনিবু ঐগী চেম্বরদা কৌশিন্দুনা ফমহল্লি। ঐনা মনিরতন্দা হংই—"করি থবক্কীনো মনি ?"

মনিরতন্না খুম্মি—"বাবা ঐখোই ফ্রেটর্নিটি ক্লব কৌবা এসোসিয়েসন অমা লিঙ্গে নিংলি। মসিগী মরু ওইবা পান্দমদি মণিপুরদা লৈরিবা কাংলুপময়ামগী সমাজ অসিগী মনুংদা অমগা অমগা মুংশিনবা মবিনা পুন্দুনা পূকচেল খোইজেল অমতা ওইহন্নবা ইংরেজীদা হাইবগা emotional integration অমদি unity হাইবহু থোকহন্নবা হোৎনবা—মতুনা মরু ওইবা পান্দম্নি।"

ঐনা মবুক্লিং থৌগৎপা ওইনা হাই—"ফজে, কান্নবা থবক্নি, নখোই নহারোলগী নতিক উৎফম চাবা থবক্নি।"

মনিরতন্না নোংলকই—"মানি বাবা, মণিপুরগী তুংগী লাইবক্তি চীং তমদা লৈরিবা নহারোল ঐখোইদা লৈরে অতুনা ঙসি চীং-তমগী নহারোলশিংগী মাংদা তারিবা খাইদগী চাউবা মরু ওইবা শিংনবদি চেলেঞ্জদি মথক্তা হাইখিবা পান্দম অসিনি। চীং তমগী নহারোল পুন্নমক্না ইহান হানবদা মসি পাংথোকপা ঙম্নবা হোৎনবা তাবনি।"

ঐনা হাই—"অহানবদা চীং তমগী নখোই নহাবোলগীদা ওইবা অপুনবা শক্তি শেমখো।"

নেলসন্না য়াই—"চুম্মি বাবা চীং-তমগী নহাবোলশিং হান্না পুন্নবা হোৎনগনি। অতুম তৌতুনা পুন্নগা চীং তমগী নহারোলশিংনা পুন্না পুন্না চৎতুনা চীংদসু তমদসু থুক্কং খুদিংদা মুংশিনবা পাউজেল য়েল্লস্সা, অতুগা খুল খুলতুগী কান্নবা থবকসু তৌরম্বা—অমুম তৌনা চথবগা মুংশিনবা পোক্লক্নি, পূকচেল অমতা ওইরক্নি হাইনা থল্লি। থল্লিবসি অরানবা ওইগদ্রা বাবা ?"

মনিরত্নগী মতৌ তমহুনা নেলসনস্ত ঐঙোন্দা বাবা হাইনা কৌই।

ঐনা হাই—"মীগা মীপা মুংশিননবা হোৎনবদা করিস্থ অরানবা লৈতে। পুকচেল শেংনা হনবা নাইদনা হোৎনরগা অত্নমস্থ মহৈ য়াল্লক্কনি।"

মনিরত্না হাই—"বাবা ঐখোইনা পাম্মিবা এসোসিয়েসন অসিগী বাই-লো অমতা বাবানা শেম্মিয়্ হাইজগে লাকপনি।"

ঐনা খুম্মি—"শেম্মিগে ঙসিমক্তি ঙম্মোই, থুনা অশংবা মতম অমদা ইপানা শোক্নিদনা শেম্মিগনি।"

মনিবতন্না হাই—"এসোসিয়েসন অসিগী মেম্বরদি চহি তরা-নিপালদগী কুন্থ্রামগী ফাওবগী মনুংদা লৈবা মণিপুরগী চীং তমগী নহারোল পূম্নমক ∙পী নিপা জাতি ধর্ম্ম খাইদনা মেম্বর ওইবা য়াগনি।"

ঐ∙। হ∙ই—"খংলে, মেম্বরসিপ ফিদি ?"

মনিবতণা হাই—"পুল্লপ পিবগা লুপা য়াঙ্গ, চোইনা পিরগা চহিদা লুপা ∙∙ড়া।"

এনা হ ই—"নখোইগা থবক অসিদা নখোইগী বাবানদি করি হ ই ?"

মনিবতন্না খুম্মি—"ঐখো∙গী বাবানা পাউতাক পি। বাবানা তাকপি—"নখোই নহাবোলশিংনা হৌগ্রবগী খুবৌ লৌথোক্লুনা কাং-লুপকা রাখল মিংযে, খাদোক্লুনা হৌজিক্কী জগ ওা শিংনা নমিং পাংহুনা নবুকচেল চাউনা নথৌনা ফনা লৈবাক্কী অপুনবা য়াইফবা তানগদবনি।"

ঐনা পা∙শিল্লি—"মতুনা নখোইগী এসোসিয়েসনগী লাইব্রা মস্ত্র ওইনা ন∙খাইগী মেম্বর খুদিংমক্কী লমজিং মৈরা ওইহনগদবনি।"

মনিবত∙া হাই—"মতুম হাইনা বাই-লোদা হাপ্পিয় বাবা।"

ঐনা খুম্মি—"হাপকে"

মনিরতন্না হাই—"নুঙাইরে বাবা খর শোইদনা শেম্মিয় ঐখোই ঙসিদি চৎলগে।"

ঐনা বিদায় পি "ফরে চৎলো।"

মনিবতনগা নেলসনগা ঐগী চেম্বরদগী থোকখিবদা ঐগী ইচান্নুপী মনিমালানা য়েংনিংবগা লোইননা মাঙ্গোন্দা থোরকই। মনিরতন মনিমালা পাথং লৈশাবি ওইরে। অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নমিন্নরম্রবস্তু হৌজিক্কি কৌনবা হঙ্গোইরমাল্লে মচিন্নদি কৌনদ্রে অত্তবু মবুক্লিংনদি কৌনবা মাল্লি। মবমদি য়েংনবগা মবান্নিমক খিং খিঙং নোকই। মনিবতনখোইনা চংখিবত্ মনিমালানা মাঙ্গোন্দা লেপ্প লেপ্পা মমিংনা কোম্তোং ফাওবা থিন্দোকলুই অত্নদগী মাইরোল্লক্কনা তন্দে মান্দেনা ইমুং চংখি।

লাইবক থিবদি শঙ্কু ওইনা হৌনহনা লাবই হাইন প্রব এগী মবাইবক্ত মংমক থোক্লে। ইমা লৈখিদবা থা তরুক্তা ঙাইরিংদা উর্মিলাবু পোকপি ইন্দোলহস্ন যান্না অরা বা ব্লড প্রেসব হৈবক্তনা হোৎনবা য়াদনা লাইগী খুয়া তানখে। ইমাগ দা তৌখিবগা চপ মান্ননা প্রবীবনা ইন্দোলগী শোবাৎনচি বা কংলি। ইমাগা ইন্দোলগনা প্রবীরগী ইমুং অত্ মপি মপা ওইনা কোনবিবস্নি। ইমু অমদা অহল অমা লৈবা হাইবসি মখোইনা কবিস্নু তৌবা ঙমদ্রবস্নু. ইমংত মগুন লৈবা লুম্বা ঙেল্লি। কবিস্নু তোদ্রবা অহলনা ইমু দ পুবা ওইনা খরে। ইমাস্নু ইন্দোলস্নু লৈখিদবসিদা পিদং পাদংপগা চপ মান্ননা প্রবীবগী মথন্নাই শোকই, ব্রাই। প্রবীবগী ইমুংদা লৈহৌবিবসি প্রবীবনে, উর্মিলানে. মনিবতন্নে, পুজাবি বামন নি মীয়াই চল্লবি অমনে, মী মরিদা ঙাইবে, নেলসনস্নু থাবগদি মচা শুবি।

ইন্দোলগী শোবাৎকী নোংঙানবদা কংপা উৎসব চাবা লোইববা মতুংদা প্রবীবত্ মশা ঙমদে, মকোক চিকপগুম ঙাওবগুম ইকম লুম্বা

অমা তৌই হাইদুনা মনিরত্তনবু ডাক্তর কৌহনখি, মানা হিপত্নুনা লৈ। ঐনা প্রবীরগী মনাক্ত কমহুনা মকোক মরুহ্নু পাইখি। প্রবীরনা হাইবকই – "ভাইজী অহল অনি মথং মথং লৈখিদবসিদা ঐগী থরাই অসি ওম্নোক্লা শোনখ্রে, মী কুংনা লৈথ্রবা সংসার অসি ইহাং হাংবা নুঙাইভম লৈতবা মফম অমা ওইনা থোকখ্রে।"

ঐনা থেমজিল্লি—"শিরবা হাইবহুদি হাংলবনিদনা ভাইজী, অহুবু ঐখোই পুম্নমক শিগদবা ঙাক্নি, অকোল অহান্দনি, ঐগী ঐগী মতম ঙাইনবিবা ঙাক্নি। অসি নত্তনা শিখিবগী অরাবা থেমজিন্নবা রাখল অ'ত লৈতে ভাইজী।"

ডাক্তর লাক্লে। প্রবীর হকচাংদ্র ষ্টেটস্কোপপ্রচিংবা থাহুনা মুন্না যেংলগা ডাক্তরনা হাই—অরাবা রাখলগা চাবা থকপা মতম নাইদবগা খোং হাম্না লিকপগা অদুনা তৌবনি, করি থোইদোকপা তৌরোই।" ডাক্তরনা হিদাক হদুনা পিরে, মনিরত্তন্না হিদাক লৈবা চৎখ্রে। ভুম্মিলানা পিবা ফীহু লৌশিল্লগা ডাক্তরস্থ বিদায় লৌহুনা চৎখ্রে। মনিরত্তনা পুরকপা হিদাক্তু ডাক্তরনা হাইবম্না মতুং ইন্না প্রবীরনা চারে। হিদাক্তু চাবগা মশাহু খর ফুংহাইবে হাই। ঐ প্রবীরদগী বিদায় লৌহুনা লাক্লে।

ইন্দোল লৈখিদবা থা অমা খর হেল্লকপা অংরাইদা নোংমা অয়ুক অঙনবদা মনিরত্তনগা নেলসনগা ঐখোইদা লাকই। ঐহাক ঐগী চেম্বরদা কেশকা চে শুং য়েংহুনা লৈ। মবান্নি ঐগী চেম্বরদা চংলকই। ঐনা মখোইবু ফমহল্লগা হংই—"মনি নখোইগী থবক্তুদি করম তৌরে?"

মনিরত্তন্না খুম্মি—"বাবা ঐখোই বাই-লোহু রেজিষ্টার তৌশিন্দুনা মেম্বর মিং চনবগী থবক কন্না চখ্রি।"

ঐনা হংই—"মিং চনবদি কম্নদোই, হাইরুবদা পাক-পাক যাবকপবা?"

মনিরতন্না হাই—“কনাগুম্বনা নিংবা কাইবা য়ৌনা য়ৈখাইবা পিরকই অদুগা কনাগুম্বনা পাম্না মথরাই য়াওনা মিং চল্লকই।”

ঐনা মখোইগী পূক্নিং হন্দনবা হাই – “অপাম-পামদগী রা লৈতে, মণিপুরগী সমাজ অসিগী য়াইফনবা, মতুং হিংহৌনবা মরুওইবা লম্বিদি অসিনি। অদুনা খরনা নিংবা কাইহল্লি হাইদুনা তোকপা য়াবা নত্তে ”

নৈলসন্না মখুং য়েংকী খুৎশাশিংদু খুদুম ওইনা পাইশিল্লগা মত্ নিক্তুনা হাইরকই – “ঐখোই খক হল্লোই বাবা, ঐখোইগী পান্দম অসিদি মসিগীদমক হিংবস্থ মতিক চাবা মসিগীদমক শিবস্থ মতিক চাবা পান্দম্নি। অদু খংনা ঐখোই অঙম তাল্লিবনি।”

ঐনা থাগৎলি “অং অদুনি নবাল্লিনা ঐখোইদা লাকপদি করিগীনো ?”

মনিরতন্না খুম্মি – “বাবাখোইগী অঙাংশিং মিং চনগে তৌবনি।”

ঐনা হংই “নখোইগী মেম্বর মশিং কয়ামুক শুরে ?”

মনিরতন্না খুম্মি “মেম্বর চামঙারোম শুরে বাবা।”

ঐনা হাই “ঐখোইগীদি ইচানিপা অনি অসিদি চহি তরানিপাল য়ৌদ্রি, মনিমালাদি চহি তরানিপাল শুরে, মাবুদি য়াওহনবা য়াই।”

ঐনা মমিং ফান্দুনা মনিমালাবু ইমুংদগী কৌথোকই। মানা থোরক্তুনা ঐগী চেম্বরগী থোংজিন্দা লেপতুনা লৈ। ঐনা ‘চংঙকউ’ হাইনা কৌশিল্লি। মনিমালানা মমাই ঙাংলপ তৌনা চেম্বর মনুংদা চংলক্লগা হংই—“করিগীনো বাবা ?”

ঐনা খুমজিনৈদা মনিরতন্না হাইরকই—“ইবেমা ঐখোইনা চীং তমগী নহারোলশিংগী ফ্রেটর্নিটি ক্লব হাইবা অমা লিংখৎলে। ইবেম্মবু মদুগী মেম্বর ওইহ্ন হাইবু করি হাইবগে ?”

মনিমালা না ঙাংদে ঐঙোন্দা মুন্না য়েংহুনা লৈ। ঐগী না ঙাই-রিবনি হাইবা খংলহুনা ঐনা হাই— 'মনিমালা নংস্তু মেম্বর অমা ওইয়ু, য়াওবা ফৈ। ইরাং তৌনবা নত্তে. সমাজগী কাম্নবা, খুংশিননবা থবক তৌনবনি।"

মনিবেগতগী লুপা য়াংখৈগী নোট অমা লৌথোকুনা "সে মাগী মেম্বরসিপ ফি পুল্লপ পিথোক্লগে" হাইহুনা ঐনা নোট অহু মনিরতন্দা পিরে।

মনিরতন্না শেলহু লৌশিল্লগা রসিদ ই, অহুগা নেলসন্না মনিমালাগী মমিং রেজিষ্টারদা ইশিল্লগা মনিমালাবু মমিং মপাদা মখুংনা মমিং ইহল্লি।

মনিরতন্না শেলগী রসিদতু ঐঙোন্দা পি অহুগা মখোইগী ক্লবকী পাঙমেন ফো বা ছাপা নম্বা চে খর মনিমালাদা পিরগা মানা হাই— "ইবেমা ঐখোইগীসিগী মেম্বর খুদিংমক্কী অহানবা মথৌদি ঐখোয়গী পান্দম খংবা অহুগা মেম্বব পোকথোকহন্নবা, হোৎনবা অনি অসিনি। অহুনা চেসি মুন্না পাউ অহুগা তুংদা ইবেম্মগা লাইরিক তম্মিন্নবা চীংগী লৈশাবি য়ামদ্রবদা অমতা ওইরবস্তু মেম্বর ওইহন্নবা হোৎনগদবনি।"

মনিমালানা নোকফেং তৌনা খুম্মি—"হোই, য়াওরবনিনা খ্বাইনা তৌনবা ইনবা তারেদনা।"

মনিরতন্না হাই- "মীনা ইনশিনবোই নত্তনা নশাগী নবুকথোক্কী ওইনা থরাই য়াওনা তৌগদবনি।"

মখোই খর শাংখনা রারি-রাতাই শানিংলম্বা য়াই অহুবু কেশকী-দমক ঐগা উন্নবা লাকপা মীশিং মপান্দা কুইনা ঙাইহুনা লৈরবহুদা মখোইবু চৎহন্নিংলহুনা ঐনা বিদায় পিরে—"ফরে মনিরতন নখোই চৎলো, মীশিংসি ঙাইবা কুইরে, শাউনিংলরিব্নি।" মনিরতনখোই মপান থোক্কুনা চৎখ্রে, মনিমালাস্তু ইমুংদা চংখ্রে।

মনিরূতনখোই লাক্লগা মতুং থাংমূক লৈরগা নোংমা নোংমাইজিং চুমিং অমগী অমুক পুং নিপাল্লোম তাবদা প্রবীরগা উর্ম্মিলাগা ঐখোইদা লাকই। ঐনা মখোইবু ড্রোয়িং রুমদা ফমহল্লি। নির্ম্মলাবু কো-থোক্লগা ঐস্মু ফমথৈ। নির্ম্মালানা থোবক্তুনা মখোইগা কৌনরগা মহাকস্থু ফম্মি। ঐনা ৱা হোই—"ভাইজীগা ইবেমগবু চুম্না লাকপ্রা থবক লৈত্রা ?"

প্রবীরনা মাদি হাইনিংদবগুম উর্ম্মিলাবোমদা মঙক ইল্লগা হাই-রকই —"মানা ৱা থব হাইনিংবা লৈমাল্লে।"

ঐনা উর্ম্মিলাদা ওনশিল্লগা হংই—"তাসিদনা।"

উর্ম্মিলানা হাই—"ঐখোই গুপী মশেল হান্না ঙাংনবদি চত্থনি অদুবু ঐখোইগী ইমুং অনিগী মরক্ত মং মপাল নাইবা নাইনদবনিনা অদুম মহাইজববা হাইবত্বনি।"

ঐনা পাংশিল্লি—"অদুনি অনিং অনিংবা হেক্ত হাইদোরসি।"

উর্ম্মিলানা হাই "ঐখোইগী ইমুংদি মী য়ামজদবসিদা ঐগী ইচানিপাসি মযুম পালহল্লগে হাইনা খঞ্জরে। অদুগা ইবেমা মনি মালাবু হাইজগে লাকইবনি।"

ঐনা হাই—"ঐগীদি পিনি ই মমানা কবি খল্লিদনো।"

নির্ম্মালানা নোকমি নোকমি তৌবদুনা হাইবকই—'চুপী হাজবা ওইনা থোক্ননি হাইদুনা তৌবনি ঐখোইস্থু বাসি হোদোব্লি লম্বনি হোজিক্তি ইনজনি বগা থোঙ্গা তেকপগা মান্নবা হাইবদু তৌবে। ইমুং অমতা ওইবে ওইবা অমুবস্থু হেন্না চেৎশিনবগনি"

মতম অসিদা মনিমালামা চা পুথোরকই। চা কপশি, অ থনম্লগা মহাক ইং চংখি। প্রবীর মাবু মুন্না য়েংহোই প্রবীরনা হাই—'নখোই' ৱা লোইনববদি পুংহোংবদি হমাগী ফিরোই নতুংদা থোক্নবা তৌসি।"

মহুদা ম্নামরে। চা থক্লবা মতুংদা প্রবীরগা উর্মিলাগা চংখ্রে। অশোই অঙাম খোক্তনবা হাইনা ঐনা লাই খুরুমহৌই।

মনিমালাবু মনিরতন্দা ?ন্সি লৈগুন ওইনবা পিখিবা অহুগী মতুং থা মুক লৈরগা নোংমা কেশ অরুবা খর লৈহনা কোর্টতা চত্তা চংকে হাইহনা অমুক পুং তরা তাকাক্লিঙৈদা গাড়ী তোংখৎতুনা থোগে হেক তোবদা ঐগী চেম্বরদা লৈবা টেলিফোন্দু খিংলকই। ঐনা গাড়ীদগী কুমথরগা চংশিন্দুনা রিসিভরহু পাইখৎতুনা হংবদা প্রবীরনা খোঞ্জেল শোম্থানা হাইবকই—"ভাইজী চহাক্ত লাকসিরা!"

ঐনা রা অতে ঙাংদনা 'লাক্কে' হাইরগা রিসিভরহু থাদৈ। ঐনা ঙকুম্মি মখোইনা লাক্লগহু থাবু ফাদ্রি, অদুবু কৌরিবসিবু করি অমুক তোবদনো। মখোইদা চহাক য়ৌরম্লগা কোর্টতা চংকে হাইনা খন্দুনা গাড়ী প্রবীরখোইরোমদা থোরে। প্রবীরগা উর্মিলাগা কপ্পনা মমিং-মমাই ইপোম পোম্না নুংশুক শুংজাননা লৈরগা ফিভমত উবদা ঐ অমুক হেন্না ঙকখ্রে। প্রবীরনা ঐবু উবদা খোঞ্জেল থোক্লা কপতুনা হাইবকই — "ভাইজী ঐগী মনি পাইখ্রে, মনি মাংখ্রে". মখুৎ অনিনা ঐগী খুৎ য়েং পাইহনা মনিবত্তনা পিবকপা চিঠিহু ঐঙোন্দা পি। উর্মিলানা ঐবু উবদা তেংথাবনহ "পাবি ইবুঙো ইমাগী মনি মতুম নংগী বাবা লাকইর্বসি ঙঃবো লাউনে". হাইবগা রাম্থনা কপ্পি। ঐনা মনিরত্ননা পিবকপা চিঠিহু পাই। ম গী মবোন্দি—

ইম্ম. বাবা,

ঐগী মরুপ নচা নেলসন-দ নাগা খুংলাই পাইবা খবনা হাংলম্লে। ইবাম্নি ঐনা শিবা মফমদা মাস্থু শিবা. মানা শিবা মফমদা ঐস্থু শিবা হাইনা রাশক্লে। ঐ মরুপকী মংশং তানবা চংলে। বাবানা ইমাদা রাবৌবিগনু। ইমাগা বাবাগদি ঐগী-দমক রাহৌরগনি। ঐনা বাবাদা নিজরি ঐগা নেলসনগবু

শক্তুনা বাবানা চীং তমগী নহারোলশিংবু নচা ওইনা শুংশিবিয়ু। লোইজরে।"

নচা

মনিরতনসিং"

ঐস্মু চিঠি পানা পানা ইমিত্তগী পি অতৎ অথম লৈতনা শিন্থে। পি তৈথোক তৈথোক্লা ঐনা হংই—"কদোৗঙেনো মানা চংখিববো?"

উর্ম্মিলানা খুম্মি—"ঙসি মবিনিদা ঙাইরি। নেলসনত্তু বড়দিনগী মগুমদা অমুক্ত চংলুগে হাইনা চংখিবদগী হল্লক্রুবা অতুদা মাবু কোক্লনি শুংখিলদা কোক হল্লকনি হাইতুনা নহাল অমুক মাগী বাবানা অযুক্কী হাওয়া চাবা চংখ্রিঙৈদা চংখিবনি। বাবা তাক্লম্মু হাইবদা শুংথিল হল্লকদববু কৈদৌগবনো হাইতুনা মানা ঙমতুনা অতুম চংগ্রবনি।"

ঐনা প্রবীরবু থেমজিনবা ওইনা হাই—"ভাইজী হোংনবা য়াবা মথৈ হোংনতুনা থিসি। পুলিস ইন্টেলিজেন্স অতুগা আম্মিগা ইন্টে-লিজেন্সগী মতেংস্মু লৌসি। এ মতুপীদমক মবি লৈনবা ওথোবিটিশিং উন্নগে।"

প্রবীরনা শোন্থানা খুম্মি—"থাজদ্রেবো ভাইজী।"

উর্ম্মিলানা য়াল্লকই—"তাইবুঙো ইচা ফংননবা থিবিবকউ।"

ঐনা প্রবীবদা হাই—"ঙসিদি য়ায়া নুবা কেশ খব লৈবা মবম্না নৈ কোর্ট য়োদবা ইয়া য়াদ্রে, ঙহাক চংশুখিগে, অমুক হল্লক্কে।"

প্রবীরনা হাইবকই—"ফবে।"

কোর্ট য়োবগা ঐনা হেনফমবা কেশ অমগী সাক্ষা জেরা তৌবা লোইরগা জর্জ্জদা হাইজতুনা অতৈদি য়েথোকহল্লে কোর্টতগী য়ুমদা চংলমদনা প্রবীবখোইদা চুমন্দ্রিং চংলে। প্রবীবগা উর্ম্মিলাগত্তু অরাবা রাখন্না লাকহত্তনা চাগনি থকনি হাইবা কাউনা ঙসাই লৈহৌবা ফিভমত্তু ইকাই কাইদনা নুংবংননা মরক এবক্ত মপি তৈথো কুনা অতুম

লৈরম্মি। ঐনা থেমতুনা মবান্নি ইরুজহল্লে, ময়াদা খর খরদং তানবসু শিল্লে। চানিংদনা চখোম অম-নিদং হুক্লগা মবান্নিমক তোক্লে। অহিং ওইশিল্লক্লবা অদুদা হিপতুনা পোথাহনবনা ফরনি হাইনা খন্দুনা ঐনা হাই—"ভাইজীসু ইবেম্মসু ঙহাক ঙহাক্তং পোথানবা তৌসি। ঐ ঙসাইদগী য়ুমদা চত্রি, ঐসু চংলগে।"

প্রবীরনা খুম্মি—"ফরে।" প্রবীর রা ইঙাং ঙাংনিংদবা অমা তৌই।

ঐনা য়ুমদা লাক্লগা পাউ তম্বদা ঐগী ইচানুপী মনিমালানা 'এ' হাইবগা মমাই পুম্নক মকশিনপ্রে, মমিত্তা পিরাং চেল্লা মাগী কাদা চংগ্লগা মখোল খোক্তনা কপপুই। নির্ম্মালাসু মমিত্তা মপি চেন্না শোল্লকই - "পার্মুইদা অঙাংদো, ঐখোইমক্তা অসুক হুঙাইখিদ্রবসিদা মমা মপা ওইবগীদি করি ওইরুবসিগে।" ঐসু মখোইগী মতৌ অদুদা অমুক হন্না কপ্পি।

মথ গী খুমিংকী অঘুক্ত ঐনা চংখিবদা প্রবীরহু মশম মনা ইফা ফানা বোং শেংপা ফিগী মথক্ত ইনফি অমা ইল্লগা মাঙ্গোন্দা মুরুম মুংম শোনবগুম তৌদুনা ফমদুনা লৈবম্মি। উর্ম্মিলাসু মঙোন্দগী খজিক্তং চখোক্লগা ফম্লম্মি। প্রবীরনা ঐবু কৌদে, উর্ম্মিলানা ঐগী ফিদা থাই। প্রবীরনা মমিং অদু ঐঙোন্দা য়েংলম্বোইনা তৌরগা চেপখত্তুনা রাখল তৌবা মঙংদা মমিং ওনখংখি। ঐনা চিংনরদুনা হাই—"ভাইজী ঐনে।"

প্রবীরনা খুম্মি— "অং।"

ঐনা হাই—"ঐবু খংদ্রব্রাউ ?"

প্রবীরনা খুম্মি— "উখিবগুম তৌই, প্রতাপলা ?"

ঐগী ইমিং প্রতাপ কৌই। থাইনা লাইরিক তম্মিন্নরিঙৈগী মতম নিংশিংলকমাল্লে। মতম অদুদা ইবান্নি ইমিং ইমি কৌনরম্মি।

ঐনা খুম্মি—"হোইনে, মানিনে।"

প্রবীবনা উর্ম্মিলাদা মখুৎ থিল্লগা হংই "নুপী সি কনানো ?"

ঐ খুত্তম খংদে, উর্ম্মিলাগী মমিত্তগী মপি ওবো ওরো শিন্থবকই। মানা হাই—"তাইবুঙো অতুৈঙদা হনুমান ঠাকুরগী লাইশং ময়াদা তাইবুঙোগী মাংদা মানা রাহৈসি হাইহিব দা এগী থরাইদা হাইনিঙাই লৈতনা ঃঙাইবা পেঞ্জবা পোকখি। ঙসি বাহি অহুমক তাইবঙোগী মাংদা হাইবকপসিদা ইকোক্ক বজ্র তাবগা মাম্নখ্রে। ঐগী শম্মে ইসি ইকাই নুংশি মৈচাক্লা চাকথেকখ্রে, ঐ হিংনিংদ্রে। ঐনা ইচা মনিহুবু মাংহনখিবনি হাইবগী ইবান পিবনি, ঐবু কবম খাংলাসিগে।"

প্রবীবগী মবুক্লিং শোনবনা শাথিনা হকোক্ত যৈ না প্রবীব বুদ্ধি চোইবে হাইবসি উর্ম্মিলা খংদ্রিবত্তম তোই। অদুগা মনিবতন অঙ উর্ম্মিলাগী মবুক্কী তিলমক্তি নওবনিনা প্রবাবগী বাহ দা মানা ইবাই নুংশি যান্নজবদু ঐস্থু থরাহ শোকহ। ঐনা মাবু থেমজিল্লি—"ইবেম্মা ভাইজাসি রাবোবা যাদবা ফিভম অমা ওইবে, নও ওহদবা প খল খল্লগনু।"

ঐনা ডাক্তর কোচনা প্রবীবব মন্না যেংহল্লে। ডাক্তরনা কুপা যেংলবা মতুংদা কোক্কী ফিভম যামা থিনা শোক্লে, হানগা ফিভম হঞ্জিনবা খব বাবগনি. অদমকপু থুনা এসাইলম অমদা থাবা যৈ হাহনা ঐঙোন্দা লোয়া হাইবে

ঐনা ডাক্তরগী সার্টিফিকেট পুহনা কোইচেন চেন্দুনা মবি লৈনবা অথোবিটিদগী প্রবীবগী অহানবা ওইনা থা অগুমগা ছুটি লৌবে, নোঙাল্লগা প্লেন্দা চংখিনবা মী অহুমগী প্লেন টিকেট লৌবে। ঐগী ইশেল নিপা অনিথক যৈনা নেত্তুনা মথংগী নুমিত্তা প্রবীববু বাঁচিদা যেংনবা প্লেন্দা পুহনা চংহন্নবা শিল্লি। মথ গী নুমিত্তা ইশেলশিংনা

প্রবীরবু এরোড্রোম তান্না পুননবা লৌবা লাকপদা উর্ম্মিলানা চোংশিন চোংশিন্দুনা কপ্পি। মাগী মতোদা থৱাই শোক্লা ঐনা হাই – "ইবেমা, থা অহুমদনি, ভাইজী অনাবা ফহুনা শোইদনা লাকনি, থা অহুমদংদি খাংলসি।"

ঐগী ইশেল অনিনা প্রবীর পুখ্রে।

প্রবীরবু পুখিবা শুমিংকী অহিং নোংডানবদা ডাইরিঙেদা পুজারি বামন-হুবি অহন্দুনা ঐঙোন্দা টেলিফোন্দা হায়রকই—

"উর্ম্মিলা লৈত্রে।"

ঐ কোকচাওবি ফোং কাই। থুনা গাডী তোংহুনা প্রবীরখোইদা লাকপদা উর্ম্মিলা মথক্তা থৌবি য়ান্দুনা শিরগা থেংনরে। মানা শম্না ইবা লাইরিক মচেৎ অমা থনম্মি। মরোম্দি –

"ইখোংনা চত্তুনা ইচা থিরুবা ঙমদ্রবনিনা ঐগী থৱাই অসিনা ইচা থিরুনবা হকচাং অসি থাদোক্লম্লবনি।"

ইকাই খুংশি নৈচাক্কা, কাইনা মৈচাক্কা, মৈচাক অনিনা চাকথেক্কুন। মথৱাই মুনবিগ্রবা লাইবক চাউবি উর্ম্মিলাগী মশক্ত উবগা ঐগী থম্মোই পুবা য়াখিদ্রে, ইচিন্দগী থোকখি– "ভগবান, তাইববানবসি নংগী লীলানি হাইবদাই, নংনা অসিগুম্বসিস্থ য়েংনিবোইদকো!"

লৈকাইগী মতেংগা লোইননা উর্ম্মিলাগী হকচাং মৈদা তুমহল্লম্লগা ঐ য়ুমদা হল্লক্লে। মুংথ্রবা ইমুংগী রারিনহৌনবা ওইনা অমতং থাক্ল। চাক থোবি বামন-নুবি অহন্দূ ঐখোইগাদা পুরক্লে। প্রবীরগী য়ুম শোলোন্দুনা থনম্লে।

# নোরোক ভাগে

[ ২ ]

অঙাংমচা চহি মরিফু হেল্লবা অঙাংমচানি। খোঙ্গাপ তরা চৎলগা চহি মরিফুতরা য়োগদবগী মচুংদা খোঙ্গাপ অহুল্লোমদি কানশিল্লে। মাগী হুন্দীগী মমিংনা ঙাংবি কৌই। মচানিপা অনিথক লৈ। মচাশিংদু মপা মমাগী মগুন খর খর পকচসম্ম হাইবগী মতাঙ্গুম মমিং থোল্লি মপা মমাগী মমিং মতেক অমা য়াওনা।

মচা অহলবু অঙাহল, অতোম্বু অঙাতোন থোল্লি। মপা মমানা কৌবা মতমদবুদি মতেক অহু হুন্দোক্লগা অঙাহলবুনা অহল, অঙাতোনবুনা তোম্বা কৌই। মখোইগী মমিং তুংইন্নবোইনা লৈকাইনা মখোইগী ইমুংবু ঙাংবম ইমুং হাইনা খংলৈ।

তৌবগীবুদি মখোইগী ইমুংগী মমিং অসি মখোইগী থোদোগস্মু চানবা মিংনি। মখোইগী ইমুংগী মীশিংসি মচিন মরৈবু ঙহাক্ত ফাওবা পোত্থাহন্নিংদবা মী ঙাক ওইনা তৌই। অমনা ব্রা অমা হেক হৌরকপদা অতৈস্মু মানা মানা থোকপা অমা হাইহৌদ্রবদি পাপ পুগনি হাইবগী মতানি। অমনা কোক লাউবদা মথং মথং কেক-কাক কোক কাক পংঙাংদা ঙাংলৈ। করিস্মু লৈতবা ইরোনবগী ব্রা ঙাংনবদস্মু পেরে পেনা হেক্তা থোকই।

অঙাহলনা হাই—"ইরোনবগী জাতুদি অাল্লু য়োংচাক ইরোনবনা যাত্রা মরোরদোমাল্লে।"

মমানা হেক ওকই "অহবু নখোইনা খংবা য়োদ্রিবনিদো, থাইনগী মৈতৈ আলু অঙাংবা নপ-নপ হেক লাউবহুগা য়োংচাক লোনবদি করি হাইক্লরসিগে, মীনা কৌবা খুম্মিংদে হাইবহু য়োই।"

অঙাতোননা য়াল্লকই—"য়োংচাকস্তু খারম য়োংচাক্লা লোনবগা অতৈ য়োংচাক্লা লোনবগা মহাও ইমান মাঃদে।"

অঙাহলনা গরাই পিরকই—খারম খংদে খুরম খংদে, পোৎচৈনা তাংমনগ্রবসিদা তোম্বা য়োংচাক্লিদবু হাইরবদি চেদা য়েক্লগা খাক্লকস্তু মমিংঃনা হেক্তা হাওদৌবোই নিংই।

অঙাংমচা হেন্না খংজিনবা মওংদা করেম্নরকই -

"য়োংচাক মরু চাব হৈত্রিব নখোইনা মকু চারগা য়োংচাকী ব্রা ঙাংনবা শারিদকো। য়োংচাকী অয়ৌবি মহাও রসদি মরু চারবদদা খঙ্গদবনি। ঙাংনরিবা মমুত্তানা খংলগা ব্রা ঙাংনবা মশক থোকপনি।"

ঙাংবিনা থাগৎলকই—"ইচাশা নংহাই বাজীনা মরু চাবদি হুন্দোকপা পাম্মুদনা তৌবরা হাইবু রেংস মমুত্তানা ফংনবা চাবা ওইরম্মেদনা।"

অস্তুম তৌনা অমনা ব্রা অমা হেক হৌদোকপদা অতৈস্তু মথং মথং পংঙাংদা ঙাংবসি মখোইগী ইমুংগী লৈথোকপা য়াদ্রবা মথো অমা ওইনা তৌই। ইমুংগী ব্রা-য়াম অত্ তাবা ব্রারত্না নোংমদি মপানা হাই—"ঐখোই ইমুংগী মীশিংসি ব্রা ঙাংবা হেনমল্লেকো। মীদি মরিদমক লৈ, ঙাংবা মতমদদি পৃথিবী হুপ্না ঙাংলবরোইনা তৌই। নখোইনা ঙাংলিবা ব্রা ময়াম অসি থুম্মোক অমদা হাপচিন্দুনা খম্নবদি নিত্তিগী শংবাই অমমমদি থনগনি। মতুনা কুইশিল্লক্লগা পুমথহুনা নখোইগী নরা অপুম্বগী মনমদগী অনাব পোক্কনি, লৈরক্ত হৈদোক্লু-রবস্তু অচং অওক্লা নখোইগী নরাদা খুদি থিহুনা লৈকাই ব্রাথোক ওইগনি, নখোই খিং হেনমল্লি হাইবিগে।"

ঙাংবিনা হাই—"ঐখোই মাই বাজানস্তু মতম চানা খিঙ্গে হাইবা খক তৌবিদে, অস্তুম তাহুনতা মরৈ।"

অঙাংমচামা শাউনা হল্লি—"থিংদে হাইদুনা কাবগেবা ইবেম্মা ঙাংবি !"

ঙাংবিনা খাম্লকই—"হাইম্মা য়ুমগী অহন্নবু অদুক ফিঙ্গৎলবদি কমদৌনি !"

অঙাংমচানা—"ঐনা খাম্বা ঙাক্ত ঙাইবা চুম্বাও, নশা নশানস্থু রাপেৎ শুদবা তমগদবনি।"

অঙাহলনা য়েৎলকই—"অখং অখংবদি হাইদোকপা ফৈনা. পুক্ত রা থম্বনা হেন্না ফত্তে।"

অঙাতোম্না হাইবকই-"রাগী জাত্তি ঐখোইদি লাহ যাওবা থোবকউ ঙাংনগে হাইবিবনি।"

অঙাংমচানা নোক্লদুনা হাইবকই-"ইস নবিন ফবেদা তেম্বা. রাংখৈ তীনবীমকস্থু ঙাংনবা চম্মোন্দবা ননা লাই বা শান হাইবিবা।"

অঙাতোন মৈতৈ মরুপকী মম্নি, লৈজববা মীশক অমান। মপাগী রাহাই অদুদা মাবু ঙল্লানবা ওইনা খন্দুনা শিনগুনা হাইবকই - "অরোইবনিনে পাজী, লাইদু থোবকসনু ঙানগ, হাইনি বা ঙাক্ত পিক থন্না লৈ।"

অঙাংমচানা খুম্মি "লাইদি নংগুম্বা অপবা মী নত্তে, নংনা শিনরগা কবিয় থোবকপিগদবা লৈতে"

অঙাতোম্না হাই-"লোক্ত না লখ্রবদি ঙাংনদ্রেদনা নৈদি ঙাংন নিংবনি।"

মপানা হাই - "লাইনা লোৎলিবসিগী মবম খ ববা?"

অঙাতোম্না খুম্মি—"খংদে বাজী ইবাং পূজা চাইবিববা নত্রগা শিংবা হেল্লবা তাইব মীবু বিদুনা লোৎলিবরা খংদে।"

মপানা হাই—"নখোই মীওইবনা ইংনা পাঞ্জনবা হাইদুনা লাইনা লোত্তুনা লৈবিরিবনি। ঐখোই' ইমুংমক্তদা নখোই অমনা অমা হাই, অমনা অমা হাই, অমতা তিন্নদেদনা। লাইনা হেক থোরকপদা পৃথিবী শুম্বদা লৈরিবা মী কোটি চামরি চামগুা অসিনা মানা মানা পাম্বা পিয়ু হাইদুনা লাইগী মফি পাইদুনা চিংবনে, মখোই মশেলমক্ত মান্নবা ভমদদুনা খংনদুনা লাইগীস্থু মফি শেগাইবা, মীওইবা সমাজস্থু কাংখো, চাইদুনা অশান্তি ওইবা শোইদনা থোক্লগদবনি। অদুনা নখোই ইংনা পাঞ্জনবা হাইদুনা নখোইবু হুংশিবিদুনা লাইনা লোত্তুনা লৈবিরিবনি। খংলবরা তোম্বা মৈতৈ।"

মমানা খংবোই খংদবোই য়াওবকই— "হোইদা ইচাশা লাইদু ফন চোং থোরক্লবস্থু খংহৌদনা লাইয়োক্লবগী লাইনা পক্লনি। অদুনা লাই শিদনা য়াদে।"

নোংমা অঙাতোন্না মপাগী অশোইবা থিবগুম হাইরকই— "ঐখোই অঙাংনা রা য়াম্না ঙাংবা ফজবগুম অহল ওইরবা বাজীনা থবক য়াম্না শুবস্থু ফজবা অমনি।"

অঙাংমচা চহিদি য়াম্মে হাইবু থবক্তি হনবা লৈতে থবক অমা নথ্রে অমা মতম খুদিংমক্ত তৌদুনা লৈ। থবক নোম্বনা মাগী হুঙাইবা ওই। অঙাহলনা মনাউগী রা-পাং ওইনা হাইরকই—

"ঐখোই বাজানা নোম্বসি খিং হেনমনথ্রে হুঙাইনা পোত্থাদুনা লৈবা য়াবা মতম ওইরে। মী পোং লাক্লগস্থু ঐখোই ইকাইবা নংই। মীনদি খংদবনিনা ঐখোইনা তুমিন লৈথোক্লুনা মপাবু রাহনবা মাল্লি।"

মপানা খুম্মি—"মীনা নিংজগে নিংজসনু করিস্থূ ইকাইরুগনু অহল ইপানা হিংলিবসি মওং অমনি। থবক তৌবা মীনা স্থপর এন্নুয়েসন ওহরবা মতুংদা ফম থাদোক্তবা, মথাদা লৈবশিংনা হুংশিদে

হাইবা ফিভমচুগা ঐনা হিংলিবসিগা অঙ্গানি। ইপাগী খোইবেগ্রা শিয় হাইদুনা তস্বদি চহি ভুক্ক তরাবিপালদা শিভম থোকপনি। মহু হেন্দোরক্ত্না ঐনা হৌজিক কাওবা হিংলিবসি স্থপর এন্নুয়েসন মতুংদা ফম থাদোক্তবগা অঙ্গানি। অতুনা ঐনা থবক নোমজ্রবদি হৌজিক কালগী • নহারোল মতা অসিদা ঐনা মখোইগী পুন্সিদা মরম চাদনা লম খোপচিনবোই নিংদুনা ঐবু তাথি তা-ওইনা তৌবিবা য়াই। অতুগী নোম্মিবনি। য়োং থাংমক পাইবা ডমজ্রবস্থ চেদা কলমদনা ওইরবস্থ খোংথিনি।"

মমানা যাল্লকই—"থবক্কী রাখি নপাদা হাইক্রদুনা কাম্নরোই, ঐনা কম্নাবক হাইরবনি য়াদ্রবনি। ওক্ত শিংদবগী খংনবনা অমনি থবক নোম্মল্লি হাইবগী খংনৈ হাইবদি মীনা তানিঙোহ হাইদুনা তুমিন লৈজববনি।"

অঙাতোম্না হাই—"মীদি থবক শুদ্রে মুঙাইবে হাইনৈ, অতুনা ঐখোই বাজীগী লোনচংসি খুম্নাই লোনচং নত্তে।"

মপানা নোংশিল্লকই—"গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হাইবি অর্জ্জুন মবোল অহুমসিদা কৃষ্ণ ঐগী তৌগদবা ইথৌ হাইবা লৈত্রে ফংদ্রিবা অমস্থং ফংনিংবা পোংস্থ লৈত্রে, অতুবু ঐ তত্তনা নোম্লি, মবমদি ঐনা নোম-জ্রবদি মী অতৈনা ঐগী ইতৌ তম্লক্কনি।" ৩বা অধ্যায় ২২।২৩

ঙাংবিনা পাংশিল্লকই—"কৃষ্ণ হাইবা ইবুঙোহু বাঁশী খোংদুনতা লৈবোই নিংঈ, থবকস্থ য়াম্না কম্না নোম্নাকম্নিবোইরে। ঐখোইদি খংলমদেদো।"

মপানা হাই—"ইচাশা নখোইদা ইপানা তাক্লমগদবা লাই-রাদি থবক নোম্বদা খক ইকাইগহু, তোনগ্রবা থবক কাওবা মাইরোং য়ানা মুঙাইনা তৌগদবনি। মীঙোম্দা ইকাইবা খংদনা নপচতুনা লাখপতি

ওইববুদি নপাঙ্গন্না নোমন্থনা চাজবনা য়াম্না হুণ্ডাইবা হেল্লি। অহুনা ইপাদি শিরবা মতুং ফাওবা থবক নোমশ্নে নিংইবনি।"

অঙাহনবা হাই—"অহুবু বাজী চহি মতাংগী খেন্নবস্থ খর মরৈ। পাজীগী লাইবা অসিনা ঐখোই নহাদদি য়াম্না কান্নে, হিংনবগী লম্বি তেল্লবা পাজীখোইগুম্বদনা চানবা খব রাংলি"

মপানা খুম্মি—"হোই, পাঙ্গল খেন্নবেদনা।"

অঙাহনবা হাই—"অহুদা নত্তে বাজী. অহল ওইরবা হাইবসিদি শিবগা যুম্লোম্নববনি। তাকচবদি নত্তে, শিবগা লাইবৈবাক স্বর্গগী লম্বি ফাংনবা নাম-মালা চঙ্গনা লাইনিং পবৈ চেংনবা হোৎনবস্থ থবক অমা ওইনা চাং নাইনা তৌবিবা মতম ওইরে।"

মপানা খুম্মি—"ঐস্থ ঐনা থোকপা রাখঙ্গা লাইনিং পবৈ চুম্নবা হোৎনজবিবনি। অচুম্বা অহল, স্বর্গগী বাদি পল্লকনু।"

অঙাহনবা হংই—"কবিগীনো বাজী ?"

মপানা হাই—"স্বর্গদি ইনাক খুনবশি না স্কুল কলেজ লিংবনে, দাম হোৎনবা তৌরগা স্বর্গগী মফম পুম্নমক বিজার্ভ তৌদুনা থমখ্রে। ঐখোই ঐখ হংনবা লাইববা মীগী চ ফম লৈত্রে।"

অঙাহনবা হাই "বাজী স্বর্গদি ধর্ম্ম-লৈবা মী খুদিংমক্কী চংভম শোংদনা লেবমগনি, কবিগী পাজীনা অহুক য়াম্না নিংবা কাইবিবিবনা ?"

মপানা হাংবকই—'মফম মবাংগী ব্রা ডাক্তস্থু নত্তে, অব্রোইবদি অহল, ইপা স্বর্গ কানিংদে।"

অঙাতোন্না হবাউনা যাল্লকই—"অহুনি বাজী, ঐখোইগী মৈতৈ মরুপকী লাইনিং-লম্বিদা পুক্রিং যাতাহনবিয়ু।"

মপানা খুম্লকই—“তোম্বা নখোইগী লাইনিং লম্বিহু লম্বি তোল্লোম্বা ওইনা তৌই, ইপাগী থৱাই কয়া তাদে। মমৈদা কদোমদা চৎকদনো খংদে, স্বর্গসু উদে, নোরোকসু উদে।”

অঙাহলনা হংই—“পাজীনা স্বর্গ কানিংদে হাইবসিবু করি মরম লৈবননো ?”

মপানা হাইরকই—“মরম হাইবু স্বর্গদা লৈরমগদবা মীতাশিংহু ইপানা খনবদা মীওং জাত্তা অমা ওইরমগদবা মাল্লি। মখোইহু মশা ইনোই নোইরহুনা মবুক ইথোল থোল্লহুনা মফি মবোল নাম্না শেংচিল্লগা মশা লেঙম শাঙমদনা গাদী মথক্তা মোনশা থা: না ঙা-ঙাহুনা ফম্লগা অমুত খক্তুনা লাইগী জগোই-শাবিশি গী জগোই নিতিগী য়েং. মখোইগী ইশৈ নিতিগী তাহুনা লৈথোক্লবা ৃশ্মি য়েং: না থবক্কি হাইবা মনা অমতা শুদবমখৈ য়াম্না রানা মতম লেল্লমগদবা মাল্লি। মখোইগা মবক্তা ইপা তিন্নিংদে হৈনবোই। তহুনা ইপা স্বর্গ কানি দে. ম'হ ম'হ পো নবা য়ে.নিংদে।”

অঙাহলনা হং: “অ.দি শিবগা স্বর্গ গী হেং:া ফবা মগম কদাইদা চংকনি বাজী ?”

মপানা হাই—'ইপা নোবোক তাগে। নোবে ‍ুদি '·ক য়াম্না লৈবমগদবা মাল্লি। নোবোক্ত লৈবিবা অৱা ঙনা মযাম অ.'' ·তে খব খবদা ওইববসু াংবা উম্মগনি। স্বর্গদা পাথোক্লা মুঙাইহুনা লৈববা মীশি হুগী মবক্ত তিল্লুগদবগী মতম্তা নোবোক্ত অৱাবা মযামগী মবক্ত লৈ.রুবনা ·াগা মুাইবা ঙ.'নি।”

অঙাতো.া হা:ববই—“শি.বা ম.্দা থৱাইনা লৈনম ওইনা তিনবিক্লবনি বা'মানা বনি খন বি.গে অ.হসু ফৈনা বাজী ”

মপানা হাই—‘তোম্বা, ইপাদি হৈনম লেনম ওইনিংদে, ইপা হুমাং তানি ই।”

অঙাহনবা য়াল্লকই – "কাম্নরোই তোম্বা নখোইগী ৱা শাংজিল্লকনু। নখোইগী লাইনিং লম্বিদুদি অশেংবা লম্বি মান্দেনে, কৈখেল নংনবা ফোপ্না শাবা লম্বি মাল্লি। অদুবু ঐখোই বাজীনা কদাইদৈ চৎপিগদগে।"

অঙাহল হিন্দু ধর্ম্মদা চেৎনা থাজবা মীনি, অঙাতোম্না মৈতৈ মরুপকী লাইনিং-লম্বি শন্দোকপা য়াওরিবা মমিং লৈজরবা অমনি। মচিন মনাও ইতত্ত্তনা ধর্ম্মগী মরমদা হেক-হেক মরৈ য়েৎনদুনা খৎনৈ। অমনা অমবু থানদে।

ময়াম্বনা ৱা লাকচবা তৌহল্লোই হাইনা খন্দূনা অঙাতোম্না ফি ফি লাউনা খুম্লকই ঐখোই তাচৌখোইদি হিন্দুনা মমিং পুনশিন্দুনা থমগ্রবা মা-মাগনা চৎলিবা মীনি। অদুনবু থাইনৈ ইপা ইপুনা থনম্বা ফজগ্রবা ৱাংগ্রবা লাইনিং লম্বি দর্শন অসি করম্না উবা ঙমগনি।"

অঙাহনবা ওকই—"খৎবদগী হৈবনা হেনবা তোম্বা, থাইনৈ ইপা ইপুনা লাইনিং লম্বি করম্বা লৈমুংদা লোৎলগগে। মীগী হিন্দু ধর্ম্মগী শিরগা মীগী আত্মানা পরমাত্মাদা ব্রহ্মদা তিল্লি হাইবগী ৱাখলদু লোম্না শঙনা শগাইদা লৈকাং মরক্ত খর থম্মবগা নখোইগী লাইনিং লম্বি শানদুনা পুথোবকপা মাল্লি। হৌরকফম মরি য়াওদবা থৌনি মিতম লৈবাংনা মশাগী মনম পোকহনবা খক ঙম্মোই। অদুননি ঐনা নখোইগী লাইনি লম্বিদু কৈখেল নংনবা ফোপ্না-শাবা লম্বি মাল্লি হাইরিবদু।"

মপানা খাম্মি "ইচাশা নখোই ধর্ম্মদা খক জুল্লাম্নবা তৌগনু। মানা মামা পামজবা থাজজবদু অদুম চৎচসনু। মখোই মৈতৈ মরুপ-কীস্তু লাইনি হাইবা অমদি নিংহৃদনা। লাইদি অমতনি মমিং তোঙাঞ্জবদনি। লম্বি খেন্নরবস্তু অমতদা য়ৌগনি।"

অঙাতোম্না খুম্মি—"অতুনি বাজী মখোইস্সু রামলা কৃষ্ণরা অতুম নিংজো, ঐখোইস্সু শিদবা মপু অস্মুক নিংজরিবসি মঙাই। অতুদা লম্বিস্সু মামা.মানা পাম্বা চচ্চরগা লোইরে।"

মমানা হাই–চন্দন থিনবা খুৎ চংদবগী হাইরবদি অহল, ননাও তোম্বখোইগী ধর্ম্মসি নুপী অঙাংনদি হৈনগদবা মাল্লি।

অঙাহলনা শাওগংলি–"ইমাগী ফরকসি ফুগ্রেদা।"

মপানা হাই—"লাইনিংবা ঙাক্তনা অফবা হেক্ত ওইবা য়াদে। লাইবুদি নিংলগা মীবুদি হাৎপা মীদগী লাইনিংদবা মীবু কনবিবা মীনা হেন্না ধর্ম্ম লৈবা লাইনা য়ানিংবা মী ওই হাইবসি মুন্না খন্থবা ফৈ। লাই নিংদবা মীবু কনবিনবদি হোৎনরম্বা বাটরাঙরসেলচু ধর্ম্ম লৈবা লাইনা য়াবা মীনি হাইবসি অচুম্বা কৌবা লাইনা য়াদবা ঙস্লোই। ধর্ম্ম চৎপদা মিৎয়েং অসি কাউনদ্রবদি জগৎ অসি খর ইংনা লেবা ঙম্মগনি।"

ঙাংবিনা হাই–"ইচাশা হমাদি তোম্বগা লৈনমস্সু নঙ্গিংই, অহলগী স্বর্গস্সু কানিংই, নবান্নি' মরক্ত অমদস্সু অমদস্সু মাচা অমতা চংলোই, চপ মান্ননা হংশি।"

মপানা অমুক্কা হাইরকই–"অদুগনে নখোইদা ইপানা হাইরমগদবা লুরবা রা অমগা লেরিকো ইচাশা।"

ঙাংবিনা পাংলকই–"অকাউ অরাক লোইনা নিংশিংজুনা নচা শিংদা অখাকপা লৈতনা ভাকপিরস্মু।"

মপানা হাই—"হয়েং ইপানা শিরগা নখোইনা ঐগী শোরাঙা কুম্মে তৌবিগন্নুকো।"

অঙাহলনা হাই—"করিগী কুম্মে তৌরুদগে বাজী খাইনা তৌনরিবা মওংসি অদম্ম তৌজগনি।"

অঙাতোন্না হাইরকই—"ফাঞ্জখোংদা নিপা অমনা মাগী শোরাম্তা স্থমাং লৌলা তৌহল্লি হাইবহ্নুগুম্বদি তোইল্লোই বাজী।"

মপানা হাই—"মত্ংগী নিপাত্নু মশানদি খংদনা বানার্ড সো মখল অমা ওইবা মাল্লি। সোনা ব্রাহৈনা ফাগী তৌত্নুনা অচুম্বা তাকপা, নিপা অংনা থবক্কা ফাগী তৌংনা হৌজিক চংনরিবা শোরাংকী অচুম্বা মশক তাকপনি। মী শিরগা ব্রানবসি শরু লৌখংপা ফাওবদা লোইরে। অহ্নদগীদি ময়ামগী কুম্মৈ হুঙাইনবা অত্নুম শিনথ্রবনি। পুং অরৈবি, দুহার অচোংবি তৌংনা ইশৈ ঙাইনবা শেল য়াম্না থানবা, চাবা ফজনবা দক্ষিনা চোপ্তুনবা—অসি শুম্মমক থোক্কবা হোংনবদা শিখিববুনা কাম্তরবা লৈবাক্কীনা কুম্মৈ ওইরবনি। ইপাদি শিদ্রিঙৈদা কুম্মৈ য়াম্না উরে, শিরবা ফাওবা কুম্মৈ য়েংখো হাইবদি ইপা ঙম্মরোই।"

অঙাহলমা হাই—"লাইদা খর কং খোংলগা লান্নবা লম্বি ওইনরিবা নঙবরা বাজী ?"

মপানা খুম্মি—"লাইদি মী নত্তে, পোং-চৈ কংলগা হরাউগদবা নত্তে। পুক্লিং শেংনা কচ্চবা ইশাগী অচেংপা ভক্তিদনা লান্নবা লম্বি ওইগদবনি। অত্নুবু নখোইগী নবুক্লিং পেঞ্জনবা ইচম চম্বা মওংদা অমদি শোল্ল।"

অঙাতোন্না মপাবু শৌগত্তুনা হাই—"তৌবগীবুদি বাজী শোরাং শোন্দ্রবস্থু য়াই, জৱাহরলাল নেহরুস্থু মাগী শোরাং শোনবিম্নু হাইরম্মি। ঐখোইগী মৈতৈ মরুপকী ধর্ম্মদা মী শিরগা লোইরে অমুক হন্না পোক্ত্রে।"

অঙাহম্না ফাগী তৌরকই "নেহরু পল্লিবত্ন নচিম মোংলোই-দরাও, ব্রাহ্মন্নি হাই।"

মপানা হাই-"শোরাং শোনবা শোন্দবা অতোপ্পা রানি। অত্নুগা থবক্কী অপুনবা কোত্ত্রিংবা মীনা অমুক পোন্নরোই হাইবা ওল্লোই।

তাইবংপানসিদা থবক খুদিংমক্কী মতুং তাবা লৈ। মুংশিং শিংলগা উনা লেংই, অয়িংবা পি। মী অমগী হন্দক্কী পুন্সি লেনবা মরোংতুগী মতুং তাবা শোইদনা লৈগনি। অমুক পোক্লবোই হাইবা ঙমগদবদি অপাম্বা অকিবা অৱাবা নুঙাইবা কল্লকপা য়েংথিবা মিহৌবা পক্লবা মী অতুপ্পা মীয়ামগী য়াইফনবা নোমতুনা থবক্কী অং নবা কোক্লবা মী— মখোইদনা হাইবা ঙমগনি। অতুনা থবক নোম্বা ফংনবা ইপা নোরোক তানিংই।"

# থাজবনা চুমগদবা মাল্লে

## [ ৩ ]

অঙকপ-লাইচুবা থৌদোক খব খন্নমিন্নবা হাইদোক্লিংই। থৌদোকশিংথুগী মরম নিংথিনা খংদবদগী ৱারেং ওইনা ফোংদোকপা ঙমদ্রে, ৱাবি ওইনা পাউদমজগে। মরম থিভম খংদ্রবস্তু থোকখিবশিংথু মমিংনা তশেংনা উহৌবা মীশিং হৌজিক হৌজিক ফিংথুনা সাক্ষী পিবা ঙম্মা লৈবিরনিনা ৱাবি ওইববস্থু অওইবা ৱাগী মহাও খবদি লৈবা য়াই। শেমজিনবা বাবিদি নত্তে।

অহানবা থৌদোক্তি মিথ্রা শোবি পাবি উবনি, অনিশুবা লাঞ্জাওগী মংদা থোকখিবনি। লান অদদা ঐখোইনা লাঙেল্লবিবা ইমুং অদুগী মমাং শঙ্গোইদা ঐখোই শাইদাংদনা লৈবম্মি। ইমং অদুগী মমাই নোংপোক ওন্না শাবা যমজাও অমগী মাঙ্গোল্দা নোংমা নুমিদাংৱাই মমথ্রিটেঙ মতমদা ঐহাক অস্থুম ফমদুনা লৈবম্মি। ঐগী ইচান্নপী থোকপা চহি তবাম্নিপাল্লোম শুববি লৈশাবি অমা পুঙৌ ফনেক অমা শেংলগা ফুবিং শাইগকপি অমা লিত্তুনা খবক নোম্মুবদগী ঙহাক পোথবগুম মমাং শঙ্গোইগী নোংচুপ থংবা জুরি ময়াদগী অস্থুম তপ্পা-তপ্পা কোম্বো লোমদা থোকখি। থোকখিবথু হজিল্লকপা উদথুনা ঙহাক লৈবগা ঐনা হংনবদা লৈশাবি নচাথুদি মপান শুকথোক থোকউদে ঙসাইমখৈ ইমুংদা অথুম লেংদানা লৈ হাইরে। নুমিদাংৱাইরম অতৈ নহা-নুবি অমা লাক্লম্ববা হ বদস্থু কনাস্থু লাক্লমদে হাইবে।

ঐগী মিত্তি যাম্না শৌই, হৌজিক ফাওবা আনোক য়াওদনা লাইবিক পাবা ঙম্মি, উরি। কোক্তুস্থু থোইদোকপা ষুঙাইতবা লৈতে।

অতুনা ইশাদা অশোইবা লৈহুনা শোবি পারি পংউ উৰৱা হাইবস্থ মৱম চাদে। মথক্ত হাইখিবা লৈশাবি অসি থেঁদোক অতুগী থা খরগী মতুংদা লুহোংই। লুহোংবা মতুং চহি অমা খর হেনবদা অঙাং পোকপদা মহাক শিখি। মসিদা ঐনা ৱাবিগী ৱাহং ওইহন্নিংবনা তাইবংমীসি শিবা নক্লবদি শিদ্রিঙৈনা মাংজোননা মাগী মমিনা মীওইনা চংথোকপা হৌত্রা হাইবসিনি। মসি মী খুদিংমক্তা থোক্তবস্থ য়াই।

মখাদা ইজবক্কদৌরিবা থৌদোকশিংগী মহুংদা ঐখোইগী ইমুংদা থোকখিবশিংহু হান্না পাইখৎচগে। মতুগীদমক ঐখোইগী য়ুমগী য়ুমৱোং শুগাইনা তাকখিবা তাই। ঐখোইগী লৈনবা য়ুমসি মমাথ বা কাদি দোলানগী য়ুমশা মাল্লবস্থ মপু দি কা-মবি নাইবা য়ুমজাওগী য়ুমৰোংনি। মমাই নোংপোক ওল্লি। মনিংলোমদা য়ুমদগী খিঙং চথোৱগী চাকশং শাই, য়ুমজাওগী মথেনা চাবশংগী ময় ওই। য়ুম-জাওগা চাকশংগা অনিগী অৱাংথংবা ফক্লাংহু থোং পান্দুনা শন্নে। অহুনা য়ুমজাওগা চাকশংগা মবক্তা ফুট অহুম্নোম পাকপা কা মচা অমা থোকই। য়ুমজাওগা চাকশংগা ফাওননবা থোং তোঙান তোঙান পাল্লি। য়ুমজাওগী মখাথংবদা মৱাক চপ্পা মাঙ্গোল অশাংবা অমা লৈ। য়ুমজাওগী মখাথংবা ফক্লাংগা চাকশংগী নো পোকথংবা ফক্লাংগস্থ শ য়। চাকশংগী মখাথংবদা কা অশাংবা য়ুম মচা অমস্থ লৈ। য়ুম মচাসি মমাই নোংপোক ওল্লি, মবাক চপ্পা মাঙ্গোল মচা অমা য়াওই। চাক-শংগা য়ুম মচাসিগস্থ মতুপ মতুপ খাহুনা শমজিন্নে। অহুনা চাকশংগা য়ুম মচাসিগা অনিগী মরক্তস্থ ফুট অহুম্নোম পাকপা কা মচা অমস্থ থোকই। চাকশংগা য়ুম মচাসিগা ফাওননবা থোং মপা চাননা তোঙান তোঙান পাল্লি। য়ুমজাওগী মাঙ্গোল অশাংবগী মপাদা চাকশংদা ফুঙ্গা লৈ। চাকশংগী নোংচুপ থংবা কাচিন্দা লাইনি থৌ সনাম্বহিগী খুভম য়াই। মমাংঙৈদা মখাথংবা য়ুম মচাসিদা মী লৈবম্মি।

ইরক্কদৌরিবা থৌদোকশিংসিগী মতমদদি মী লৈত্রে, হাংনা লৈরম্মি। য়ুমজাওগা চাকশংগা ফক্লাং শমজিন্নরবনিনা কা তরুক নাইবা য়ুম অমতা ওইরে খন্দুনা চাকশংগী মোংচুপ কাচিন্দা লাইনিংথৌগী খুভম য়াবনি।

নোংমা অয়ুক অমা পুং নিপাল্লোম তাবা মতমদা ঐনা ফুঙ্গা ময়াদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা মখা থংবা কা অশাংবা য়ুম-মচা অতুগী মতুংদা ওইনা অঙাং পিশকশিং চিবোন চিবোন রা ঙাংনদুনা নোকপগী মখোল তাই। "কদোমদগী অঙাং চংলক্লিবনো হাইদুনা ঐনা চংশিন্দুনা কোইয়ে, য়েংবদা কনা অমতসু লৈরমদে। য়ুম মচাসি লৈরক্কা তাইনবা শুম্মি। লৈবক্ত অঙাংশিংনা রারি শানবা ওইরমগদ্রা হাইনা চিংননা খন্দনা হঞ্জিল্লক্তুনা ফুঙ্গাদা ফম্মি। চিংনবগী মরমদি লৈরক্ক অঙাংশিং চিবোন চিবোন ঙাংনবা ওইরবদি ফুট নিফু লাপ্পদা ফুঙ্গাদা ফম্মিবা ঐনা তাবা ফংলোই। থৌদোক অসিগী মতুং নুমিং কুংিবোম লৈরগা নোংমা অয়ুক পুং তবাবোম তাবা মতমদা ঐগী নুপীনা মাঙ্গোল অশাবদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা চাকশংলোমদগী অকল ওইনা তৌবা অমা মখা থংবা কা অশাংবগী য়ুম-মচা অদোমদা চখিবা উহৌই হাই। ঐনা চাক চারিঙৈদা ঐগী নুপীনা ঐবু মানা উবা মতম অতুরাইদা য়ুম মচা অতুদা চংউ লাকউববা হাইদুনা হংই। ঐনা চুমিং অতুদা ঐদি য়ুম মচা অতুদা শুকচং চংউদে হাইনা খুম্মি। অসিগী মতুংদা নুমিং তরানিমুক লৈবগা নোংমা নুমিদাংরাইদা ঐগী ইমৌনুপীনা মাঙ্গোল অশাবদা লৈবিঙৈদা চহি তরুক তবেংকী অঙাং-মচা অমা চাকশংলোমদগী মখাথংবা য়ুম মচা অতুদা চংখিবগুম উহৌই হাই। মতম অদুদা ঐখোইগী ইংখোলমুংদা লোনগা অতুগী অঙাং অমতা লৈরমদে। নুমিদাংরাই অতুদা মফম অতৈদগী অঙাং অহুগুম্বা লাকপসু নাতে অমা চাদে। তারি উরিবা ঐখোই অহুম্মক মিংনা অমসু রাখন্দা শোইবা অমতা য়াওদ্রি।

ঐখোইগী ইমুংদা মথক্ত হাইখিবা শোরি পারি তাবা উবগী থৌদোকশিংসি থোকপা মতমতুদা ঐহাক প্রোষ্টেট হাইবা মরিহু চাউথোক্লুনা শাথিবা লাইথুং অমা পরুম্মি। লাইনাসি ওপরেসন তৌবা নত্তনা অতৈ লাইয়েংনা ফনিঙাই লৈতে, ওপরেসন তৌবস্মু অরাইবা নত্তে। লাইনাসিগী ওপরেসন তৌবদা লৈখিদ্রবা বিদ্যারত্ন অতোম্বাপু শর্মা শিখিবনি ; ডাক্তর রাম মনোহর লোহিয়াস্মু মসিগী ওপরেসন্দা শিখিবনি। ঐগীদি ইম্ফালদা ডাক্তর হরাইবম লাল মোহন্না ওপবেসন তৌবদা মাই পাক্লুনা ইরাইবক ফহুনা ঐ হিংহৌই।

রারিগী পরিং ওইরিবনা ঐনা মমাংঙৈদা ইচানুপী থোকপা অমগী শকরোং চথোকপা উথিবগুম ঐগী গুপীনস্মু অহলগী মওং মানবা অমা চাকশংলোমদগী মখাথংবা য়ুম-মচাদা চংখিবগুম উই হাইবহু শিবা য়াবা লাইনা পরুবা ঐগী ইমিনা চথোকপা হৌবদা উবা ওইরগা য়াই। অহুমদৌনা মমি চথোক্লগা মী অমা থুনমক হেক্ত শিরনি হাইবগী রাদি নত্তে, ফনা কুইনা শিদবস্মু য়াই। অহল লমন্না হাইনবা মীগী মমি শাম্বা হাইবা ফিভম অসি শিদ্রিঙৈদা মমি হান্না চথোকপহু ভাকপা মাল্লি। মমি চথোকখিবহু কনানস্মু উহৌদবা য়াই অহুগা মীগী মমি শাম্বা হাইবা ফিভমসিদি শোইদনমক থোকয়িবা অমনি।

ঐখোইগী ইমুংদা শোরি পারি তারি উরিবশিং অসিগী মবনদা রারি মপুংদা পুরিবা রাখন্দগী পুমতোং তোঙানবা মওং অমা মৈতে মাইবা অমনা হাই। থোকয়িবশিংসি লাইনিংথৌ সনামহিগী থম্ফম লান্দুনা তৌবিবনি হাইনা মাইবসিনা হাই। মহাক ঐখোইগী ইমুংগী চান্নবা মরুপ অমনি। মানা হৌনবা লাইশোন শোল্লগা লাইনিংথৌ সনামহিবু চাকশংগী নোংচুপ থংবা কাচিন্দগী হোংদোক্লুনা য়ুমজাওগী মরিশুবা কাগী নোংচুপ থংবা কাচিন্দা থম্মি, লোইননা লৈমবেনগী খুভমস্মু কা অহুদা য়াই। মহুগী মতুংদগী ঙসি ফাওবদা করিগুম্বা শোরি পারি

তাবা উবগী থোদোক অমতা থোকখিদ্রে। ঐখোই ইমুংগী মীশিংনা মাইবত্তুনা লাইনিংথৌগী থক্ষম চুমথোকপত্তুদা থোকখিদ্রবনি, ফগ্রবনি হাইনা খল্লি। ঐদি খন্দে, য়ানিংদে মরমদি লাইনবু লৈভমগী চিলহাউ থিবা অপাম পামদা খাইবা হৌনদে। তৌবগীবুদি হৌজিক্তি মখা থংবা য়ুম-মচাত্তুদা মী লৈবে অত্তুগা ঐখোইগী ইমুংগী মী কনাম্তু য়াম্নমক শাথিবা লাইনা পকপা য়াওদ্রি। অম্নুম তৌনা ঐখোই ইমুংদা শোরি পাবি তাবা উবত্তু তৌরক্তবা ঙসি চহি তরেং নিপাল শুজিল্লক্লে। মতুংদা করি থোক্কদগে খংদে।

মীগী মমিনা মাওইনা চথোকপসিগা মান্নবা ঐনা খংবা রাবি অমগা অমুক পাউদমজগে। লাই তম্নবা হাইবংগী রাবিনি। ঐখোই লৈবক কৈশামথোং লাইশোম লৈরক হাইবসি শোবোক অচৌবা অনিগী মবক্ত লৈ। মমাংলোমদা নম্বুল মপান শোরোক মনিংলোমদা শেগ্গা-লপ্নি শোবোক, অনিসি লৈবক অসিনা ফাওনে। মমাংলোমদগী লৈবক অসিদা চংলকপদা মখা থংবদা লৈবা অহানবা ইংখোলগী অবোইবা অরা থংবা চুথেক্ত লাই তম্নফম অমা লৈ। অত্তুগা মনিং-লোমদগী লৈবক অসিদা চংলকপদা অরাংথংবদা লৈবা অহানবা ইংখোলগী অবোইবা মখা থংবা চুথেক্ত লাই তম্নফম অমগা লৈ। হাইরিবা মফম অনিসি শোনাইবা মফম্নি হাইবসি লৈরকসিদা লৈরিবা খর অহল ওইর-বমখ অথ্যাম্বনা খংনৈ। মফম অনিসি অকক্নুনা কুইনা ঙাংনত্তুনা লাক্রবনিনা মমাংদৈদা কনা কনাগুম্বা মীনা লাই তম্নবত্তু থেংনখিবা য়াওবমগনি, অত্তুনা মফম অনিসি অকক্নুনা পল্লিবনি। মমাংথংবা তম্ন-ফমগী মপাদা অরাংলোমদা বামনগী ইংখোলদা চংনবা কোম্থোং লৈ।

মমাংদৈদা থেংনখিবা মীনা তম্নফম তাব্রম্লে নৌনা থেংনবা কাংবুনা লাই তম্নবত্তু অশেংবনি হাইবসি মশামক্তা থেংনত্তুনা হাইবা ঙম্বা মী অস্তুখক হৌজিক হৌজিকমক ঐখোইগী ইংখোল কোল্লুপ্তা লৈ। ঐগী

ঐগী ইশু থোকপা অমনা মশাগী চহি ৮/৯ শুবা মতমদা নোংমা সুমিদাংবাই মমাং শোরোক্তা থোক্লবদগী হজিল্লকপদা মমাংথংবা তম্নফম অসিদা মমিত্ত করি উবগীনো "লাই" হাইদুনা লাউরগা কপ্লি কপ্লি তৌদুনা বামনগী কোম্থোং মনু লোমদা চেনশিল্লকই। হংনবদা মমিও য়াম্না কিবা অমা উই হাই। মহাক হৌজিক চহি ২১/২২ শুবে। হৌজিক্কুগী চহি অনিগী মমাংদা অতোপ্পা ইশু থোকপা অমনস্থু তম্নবসি থেংনখি। নোংমা সুংথিল পুং মরিরোম তাবা ইঙল ঙল্লিঙৈ মতমদা মানা মমাং শোরোক্তগী চংলকপদা মী তাল্লক ওইদুনা লৈরক্ত কনা অমত চত্তবা তাঞ্জাদা তম্নফম অসিগী মপাদা মীওইনা তৌবা অমা মমাংদা তুবং তুবং চংলম্বগুম তৌরগা শ্বাই মাংখি হাই। সংথিল ইঙল ঙল্লিঙৈ মতম্নিনা মশাদা করিস্থু অকি অখং পোকখিদে হাইনা মানা তম্মি। মহাক হৌজিক চহি ২৪/২৫ চংলে। মমিংমক্লা হেক উববা ইশু অনিসি হৌজিক লৈরিবনি, মখোইনা থেংনখিবদু চপ চানা হাইবা ঙমগনি।

মনিংগী তম্নফমদা থেংনবনা ব্রাহ্মন মচানি, ঐখোইগা ইংখোল তাইনবদা লৈবনি। মহাক হৌজিক চহি কুন্থ্রা খবা হেল্লে। নোংমা য়াচংবা সন্ধ্যারতি তৌবা মতমদা বামন মচাসিনা সেগালম্বি রাংমদা লবা মাগী মরুপ অমগী মচা পোকপগী ষষ্ঠী পূজা য়াওকপে হাইদুনা ঐখোইগা লৈরক্ত শেগালম্বি তানবা চংখিবদা মনিংগী লাই তম্নফম মপাদু য়োবদা মমাংদা ইখঙ খঙহৌদনা মৈথুগী য়ুম্বি ওইনা তৌবা অমা খংচোং চোংখংলক্লুনা মাঙোম্মা ঙামথরক্লুনা ননগদোগুম তৌরকই, মদুদা মানা কিরদুনা নিংহম্ননা খোংগাপ খব হন্দোক্লগা মমাই ওন্দুনা চেল্লকই, তান্নবদি তৌরক্তে হাই। মসি মানা চহি ২৫/২৬ শুবা মতমদা থোকখিবনি। তম্নবা থেংনরিবা মখোই অহুম্মক্লা মা মানা থেংনবদু ময়ামদা পাউদমখিবনি। হৌজিক মখোই অহুম্মক হিংলি।

মতাং অসিদা ৱারি লিরিবা ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্না থোকপা অমা হাইঃহৌনিংই। ঐহাক অহিং অথেংবদা চথোক খোঙোকপদা য়াম্না কিগল্লি। অদুগুম্বা কিগনবা পুক্লিংগা লোইননা হাইখ্রিবা লাই তম্নফম মফম অনিসি ফাওদুনা থেংগ্রবা অহিং নোংয়াই মতুংদা ইথন্দা কিনা কিনা চংপা, অমুক্ত নত্তনা, তোইনা থোকগ্রে। অদুবু অমুক্ত লাই তম্নবা থেংনখিদে। কিগনবা ঐঙোন্দনা তম্নদবা, থোইনা থরোই-রুদবা মতমস্তু ঙল্লিঙৈদা চংলিবা নহাশিংদনা তম্নবা—মসি থনফম থোক্তবা অমা ওই। অদুগা ঐদি লাই-হাংলোন হৈবা মীস্ত নত্তে। অদুনা লাই তম্নবা হাইবসি কিহন্নবা তোত্রা হাইবস্তু নত্তবা তাই। হাইবদি কিদুনা পংউ উবা নত্তে।

ল'ই তম্নবসি ঐখোইগী লৈরক্তদা নত্তে, অতৈ মফমদস্তু লৈরিবনি। মমাংঙৈদা খোংনাং জোতাগী তম্নবা লাইদি য়াম্না শাথি হাইনরম্মি। ইংলিশকী খবর চাংনাইনা পাবা মীশিংনা থেংনরমগনি মদুদি কলিকা-তাদরা কদাইদনো এরোড্রোমদা এরোপ্লেন তাবদা, অমদি থাগৎপদা চেনফম লম্বিগী মতোন্দা মরক মরক্ত গুম্বিদাংৱাই নহা-নুবি অমা হেক-হেক থোরক্রম্নগা মাংখি হাইনা কোংখি। অদুনা লাই তম্নবা হাইবসি অঙাং কিহন্নবা শেমজিনবা ৱা নত্তে, থাঙ্গশেংনা খোকয়িবা অমনি। অদুবু মসি কবম হাইনা খোকয়িবনো হাইবগী মরম থিভম খংদে, চমম্নে।

বিজ্ঞান অমস্তুং টেক্নোলোজি চাওখৎপগা লোইননা জগৎ অমস্তুং মীওইবনচিংবা জীব-পানবশিংসি ঈশ্বরনা শেম্নবনি হাইবসি চিংনবা পোক্লকখি। লোইননা ঈশ্বর লৈত-মাল্লে হাইনা খল্লকপা য়াওখি। মরমদি মীওইবনা গ্রহ অতৈদা খোংদাবা ঙম্বগা লোইননা জীব-পানবস্তু লৈত্রা হাইনা থিবদা লৈতে হাই। ঈশ্বরনা জীব-পানববু শেম্বা ওই-ববদি ঐখোইগী পৃথিবীসিদা শেম্বগুম গ্রহশিংদুদস্তু কবিগীদমক মফম

মফমতুগা চানবা জীব পানবশিং শেমগ্রিবনো হাইবসি হংমিংডাই ওইরকই'। অতুনা পৃথিবীসিদা লৈরিবা জীব-পানবশিং অসি ঈশ্বরনা শেম্বা' নত্তে, পৃথিবীগী ইশিং তুংশিংকী ময়াইনা পোকহনবনি হাইনা খন্নুনা জগৎ অসিদা ঈশ্বরগী মফম লৈরক্তে; ডার্ ,নিজম্না অরোইবা র ওইনা খল্লকপা লাকই। থরাই পেল্লনা ঈশ্বর মাংখ্রে।

অশুম তৌনা রাখল' চোইবকখিবা, থাজবা মরু মাংখিবা মতম অতুদা খংহৌদমা লাইকুদগী রারিদা পনগ্রিবা থৌদোকশিংসি ইরাইবক ফতুনা লিংশিংলকখি। কবিসু লৈতবোইনা উবা থৌদোক' শিংসিগী চমম্নবা মবমদি বিজ্ঞানা টেক্নোলোজিনা অমদি ডার্ ,নিজম্না তাকপা ঙম্লোই, মখোইনা য়োবা ঙম্বগী রাংমদা লৈগ্রে। চমম্নবসিদা মুন্না' পুক্লিং লৈতানা খন্নরগা মঙাল অমা থোরকই। মঙালতুনা তাকই জগৎ তাইবংপান অসিদা মশক উদবা খঙবা ঙমদবা মযুদ্ধি লৈবা শক্তি ( intelligent Force ) অমা লৈ, মতুঙ্গা চমম্নবা থৌদোক-শিংসিগী মতুংদা লৈ। শক্তিসু ঈশ্বর হাইরতুনি। মসি নত্তনা তাকপা ঙম্বা অতৈ লম্বি' অমতা লৈত্তে। গান্ধীজীগী রাহাই তম্বতুনা রারিসি লোইশিল্লরগে। ( This living faith in God has solved the largest number of puzzles of life ) ঈশ্বরদা লেংদনা থাজবনা পুন্সিদা থেংনবা চমম্নবা অয়াম্বা কোকহনবা ঙম্মি। অঙকপনা খল্লবা তাইবংপান অসিদা পুক্লিং ইংনা তাইবং মীপোক অসি লাবগে হাইরবদি ঈশ্বরদা থাজবনা চুমগদবা মাল্লে।

লোইববা।